# মহাঁ করংশা-লৈটৈক

(ফ.ল্লুগগোট)

# মীতৈ
# য়েক্ সালাই

(অসুপ্পা)



ফোঙ্জবা




অইবা

অয়েক্পম্ তোম্বা মীতৈ

নেসনেল্ এৱার্দি, ১৯৯১

# মীতৈ য়েক-সালাই ( অসুপ্পা )




১/৫-বা ফোংবা, লাইরিক মসিঙ.— ২,০০০

## কালেন থাবুং

তাং ৩ / ৫ / ১৯৯৬ ইং

——:(0):——

মীতৈ (য়েক-সালাই তরেৎকী মচা-মসু) গী চৎন-পথাপ, লীচৎ-সাজৎ, ঈনাৎ-ঈসিন, লোঈনসিন্নোন, কংলৈলোন, লাইরিক-পুয়ানচিংবগী লীথ্নগা চান্ন-চান্ননা মীওইবনা পোকপা সিবগী হেনফদ্রবা ঈরাৎ-ঈসোন, ঈসৈ-নোংমাই, ৱারী-সীংবুন, লাইথৌ-থৌনিনচিংবা, হীরম থুদিংমক্তা চোংথোকভুনা থৌগল তৌজদুনা লৈরিবা অমদি কংলৈপাক্কী মপী-মপা লৈজদ্রবা, তোল-তারবা অঙাঙসিং ( নুপামচাসিং ) বু য়োকপী-থাকপিবগী থৌ লৌজরিবা "মীতৈ ফুরুপ" তেরা-কৈথেল, ঈম্ফাল ॥০॥

 মমল. লুপা ৫০.

*Printed by:* Popular Institutional Printers' Assn.



# মীতৈনা চৈহি পাবা

( খৃষ্টাব্দগা—চাসিঃবা )

১। পুরাতন মীতৈ কুমসিঙ. — PK./MK.

খৃষ্টাব্দ ( জেসুগী চৈহি ও সুবদগী )—A.D./CE

* কংলৈপাক্কী ( মনিপুর ) চৈহি কুমসিঙ. পাবগী পাথাপ অসি মীতৈগী পুগাসিংদগী ফংই। "নিংথৌ-পামহৈবা হাক্তা পাহচা কুমসিং চৈহি, চৈচৎ, চৈসিঙ. ৩১০৭-সুরে হাঈনা ইরম্মী"॥

মসিদগী খঙবা য়াবদি, হৌজিক্কী মীরোন্না ( Generation ) খঙ ন-উনরিবদি নিংথৌ পামহৈবনা পানবা হৌখিবসি ইং বুমজা ( A D /C E )—1709 দগীনি হাঈবসিনি।।০।।

হৌজিক ঐখোইনা কুমসিঙ ২-নি থোকপা উবে।

(ক) খৃঃ ইরা — — — ১৭০৯ (AD CE.)

(খ) পানচা কুমসিঙ ৩১০৭ ( PK /MK )

থেনরিবদি — ৩১০৭

— ১৭০৯

[redacted] ১, ৩৯৮ চৈহি অসি মীতৈনা খৃঃ-দগী

[redacted] হাঙে, হেন্না লিরে।।

খৃষ্টাব্দা অদুদা মীতৈগী চৈহি ১,৩৯৮ তিনসিল্লগা পালচা কুমসিঙ. (PK) পুথোক্কনি॥

অদুনদি হৈং — ১৯৯৬ দদি

\+ — ১৩৯৮

৩৩৯৪— মীতৈ চৈহি ওইরে॥ ( PK MK )

---

*Cover disign* .— A. Tomba Meetei,

( 1st National Awardee – C.W. )



# ঐগী অপোকপা

১। লুরাংচা অয়েকপম ঙগুলামচাং মীতৈ (ঈপা)

২। ,, ঈপাবু পোকপা অঙৌচাউবা (ঈপু)

৩। ,, ঈপুবু পোকপা লিলাসিং হাজারি (ঈপুপোক)

৪। ,, ঈপুপোকপু পোকপা যদু (ঈপুথৌ)

৫। ,, ঈপুথৌবু পোকপা মধু (ঈপুথৌ পুরেল)

৬। , ঈপুথৌ পুরেলবু পোকপা মেরা (ইপুথৌ পুরেল নাক্‌কপা)

৭। ,, ,, ,, নাক্‌কপবু ,, গৌরাং পীবা ( ,, ঈপুথৌ পাখঙপা)

...... পুম্নমকপু ঈকোক নোম্না, মালেম লৈতানা খুরুমজরি ॥

নচা (নসু) ঃ— লুরাংচা অয়েকপম তোম্বা মীতৈ

# "খাগৎ বারোল"

"মীতৈ য়েক-সালাই (অসুপ্পা)" কৌবা অয়েকপম তোম্বা মীতৈনা ইবা লাইরিক অসি য়াম্না নিংথিনা মমুৎ তানা পাজরে॥ লাইরিক অসি য়েন্নহৌঙদগী লৈরক্লবা মনিপুর (কংলৈপাক) গী চীংমী-তম্মী অনিগী সালাইসিংগী মরমদা খাম্না কুপ্না, মাগী মাগী সালাইসিংগী হৌরকফম, য়ুম্নাক খাঙ্গীরকপা, য়ুম্নাক করম্না ওই-রকখিবা অমদি থোনখিবনো হাঙ্গবগী মতাং, পেন্ তিম্নবা, সাইরুক তিনবনচিংবগী মতাংদা মচা খাঙ্গনা লীকখুন তাকপা লাইরিক্লি॥ অসিদসু নতনা মণিপুরদা (কংলৈপাক) খুন্দা-লৈতা-দুনা লৈররবা, বামোনসিং, পাংঙনসিংগীসু খুন্দারোল, লাকফম অমদি য়ুম্নাক্লচিংবগীসু লীকখুন পীরি ॥০॥

লাইরিক অসিদা হেন্না পুক্লিং চিংসিন্নিঙাই ওইরিবা তোপ-তোপ্পা মসক অমনা তোঙান-তোঙানবা য়েক-সালাইসিংগী খুণ্ট মমাং অমদি মতুংদা পান্নম্বা অমদি পান্নক্লিবা নিংথৌসিং অমদি চাদা নাউদাসিংগী মতম, চৈহী মসিঙ নিংথিনা তাক্লিবা অসিনি॥ মনিপুরগী হিস্টরিয়ানসিংনা লেপ্পা ঙমদ্রিবা চৈহীসিংবু লাইরিক অসিদা পুখোকতুনা উৎলিবা অসি কুপ্না, মুম্না নৈনমিন্নদুনা অচুম্বা, অসেংবা মসক অমা পুখোকপা ঙমনবা পুন্না খম্না-নৈনমিন্নবা অমা তঙাইফদবা লৈ হাঙ্গনা লৌজে॥

অয়েকপম তোম্বা মীতৈনা হৌজিক্কী অমদি তুংগী মীরোল-সিংগী য়েংদুনা মতুংদসু অসিগুম্বা অথুম্বা, কাম্নরবা লাইরিক কয়া নৌনা মথং-মথং খুদোল তম্মীরকখিগনি হাঙ্গবগী থাজবা থমজরি ॥০॥

ডাঃ সরোজিনি,
ডিপুটি ডাইরেক্টর
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস।

১৯৯৬ ইং

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

অহৈবা, অয়েকপম পাবুং তোম্বা মীতৈ, হেরা কৈহেলদা লৈবগী "মীতৈ য়েক-সালাই অসুম্বা" হায়রিবা লাইরিক অসিনা খুৎহৈ ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা ঐহাকপু ইখুৎ পাইদুনা, কংলৈপাক অসিগী চৎনরোল পাখাপ অমদি ঈয়েক ঈরোলগী মতাংদা তাকপী-তম্বীরিঙৈ হাইবদি নৈনরিঙৈ মতমদা পাবুংগী (পন্থৌ) মফমদগী পাজবা ফংজখি।

মীয়ামনা মচেৎ-মচেৎ, মচোই-মচোই, ফোংদোক্লরক্লিবা লাই-রিকসিং অসিগা য়েংনরুরবদি হন্দক্কী লাইরিক অসিমক য়ৌবা ৱাওখিদ্রি হায়জনিংঙি॥ মদুদি লাইরিক্কী মীংথোলদা মীতৈ য়েক-সালাই অসুম্বা হায়জরবসু মচিনৈঙদগী কংলৈপাকী সক্তম কাঈদনা লাকচরবা কংলৈপাক অসিগী মনুংদা, ইমুং মনুংগুম হৌমীন-কাম্মিরবপা চীংমী ঈচিল-ঈনাও কয়াগী হৌরকলোন, মখেন সেংনা উবা ফংঙি (উহি)॥ অসিদসু নতনা লাইরিক অসিগী মনুংদা মীতৈ পাঙনগী মরম (য়ুমনাকী হৌরকলোল), মীতৈ বামোনগী মরম (য়ুমনাক্কী হৌরকলোন), মীতৈ নিংথেমচাগী মরম (য়ুমনাক্কী হৌরকলোল), য়েক ৭ কী নিংথৌরোল কয়াগী মরমদা মচা থাঈনা, ময়েক সেংনা উবা ফংঙি॥ ঐহাক ইসানা থেংনজরকপা য়েক সালাইগী মরমদা ইবা লাইরিকসিংগী মনুং-দগীদি হন্দককী, পাবুংগী অসিগুম্বা মপুং ফাবা লাইরিক অমত্তসু থেংনজরক্তি, ॥ পাবুংনা তুংগী মীরোলগীদমক খন্থবীদুনা অসি-গুমবা মীতৈগী ওইবা ইনাৎ, লাইনিং লাইসোল লাইরিক কয়া-কয়া পুথোকপীরকখিগনি হাইবগী থাজবা ৱাখল্লোলগা লোইননা হন্দকী লাইরিক অসিদগী হেক্না মতিক ময়াই লৈরবা লাইরিক কয়া-কায়সু পুথোকলকপা ঙমবা ওইসনু হাইনা ঐহাক্না তাইবং সেমবা মপুগী খুয়াখাদা খুরুমজরি॥

লাইঃ লোকেন

১৯৯৬ ইং

Research Offiicer

All Manipur Meetei Mayek

Research & Training Board

Keishampat, Imphal.

# অ-ইবগী বারোল

( মাহৌদোক )

——:(0):——

ময়েক, মরোল লৈজবা লৈবাক অমগী হৌরকপগী তোপ-তোপ্পা মনাৎ ( Culture ), লাইচৎ ( Religion ), লোইনসিল্লোন ( Literature ), ৱাংউলোন ( Philosophy ), কংলৈরোন ( History ), লৈসেমলোন ( Geology ), মীহৌ খুন্নাইরোন ( Anthropology ), সাগৈ সালাইরোন ( Genealogy ) লৈনরিবা ওাক্তনি ॥ অদুগুমনা কংলৈপাক ( মণিপুর-Politically Corrupt word ) অসিগীসু লৈজে ॥০॥

মতাঙ অসিদা মীতৈ-মাঙ্গচৌসিংনা পীবীরম্মা লীকখুন অমত্তংদু নিংসিংলকই— "ঐগীদি ঐনা খঙই; মীগীদি মীনা খঙই" । মীতৈগী পুন্নারী ( Folk-lore ), পারি-পুরি ( Pedigree ) বু মাগুম্মা সান্তিদাস অমসুং খোংলোঙ্গ, মাইতৈ-মৈতৈ পণ্ডিতনবু খঙবা হৌনব্রো ॥ মসিদা খঙই হাঙ্গরক্রবদি "খোংগদবা হুইনা খোংপ্রগা গধানা খোংউবদগী চৈত্তুপ চাবা" হাঙ্গবদু মসানা তাজবনি ॥ মতাঙ অসিদা "মীতৈ" হাঙ্গবমা পঞ্জরিবসি য়েক-সালাই তরেৎ ( মঙাঙ, লুৱাঙ, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা, সালাই লৈসাঙথেম ) অদুবুনি হাঙ্গনা খঙবীগনি ॥ য়েক্তা, সালাইদা "মীতৈ" হাঙ্গবা লৈতে ॥ য়েক-সালাই তরেৎ অদুবু মীতৈ কৌবনি ॥০॥

কংলৈপাক ( মণিপুর ) অসি পোকলকপদি অা য়াম্না কুইরে ॥ "মালেম মীতৈ অপুনবা মীফম ( World Manipuri Conference 1994 ) অদুগী নিংসিং লাইরিক ( Souvenir ) কী iv ( Roman ) দা ইরি— "বৈজ্ঞানিকসিংনা হাইরি— মীতৈ লৈবাক ( কংলৈপাক/মনিপুর ) হাঙ্গবসি চৈহি কোটি মঙাগী মমাঙদা ঈসিং ঈপাক ( সমুদ্র ) দগী পৃথিবী ঈমাইদা লৈকং

ওইনা ফাউগৎলকপনি। অমরোমদা শ্লেৎনদ্রবা, বৈজ্ঞানিকসিংগী হিসাব মতুংইন্না পৃথিবী-গ্রহ অসিদা ইহান হান্না অহিংবা জীবা (খন্নাই পানবা) হাঙ্গবসি পোকনকখিবা চৈহি কোটি ৫০ রোমগী মনুঙদা দেস মহাদেসসিং অসি সেমদোক সেমজিন হৌগৎলকপা, চাউথোরকপা, ঈসং নুংসিৎকী অঙকপা সকওন, জীব কয়া পোকখিবা, মাঙখিবা হন্না-হন্না লেদুনা (চক্রগুমনা) লাকখিবনি। চৈরক অসিদা মালেম (পৃথিবী) দা কংফাল সরুক্তা অনৌবা লমদম অমা ওইনা মীতৈ লৈবাক (কংলৈপাক) ফাউগৎলকখি" ... অসুমনা চৈহি ক্রমজা লিসিং-লিসিং চথরকতুনা খ্রীঃ মমাং ১০,০০০ য়ৌরকপদা "ঈপুথৌ পাখঙপা" (কানচীন, তুকথবা) না নুরা ঈবেম্মা লাইকোক হুইমুলৈ পুকসিখোম্বী পাম্নদুনা চৈহি লিসিং অনি পানখি।। অসিদসু নত্তনা, ঈপুথৌ পাখঙপানা নুরা ঈবেম্মা হুইমু লৈমানে, লোইথুম্বী মন্নাই-থোংঙাইলেনপীনে, লাইরেক পীথেৎ লৈমানে, লৈমা উন্নুম, খাউচাউ হোন্পীনে, লৈথম তান্নি লৈমনে, নোংহাইনু লিলি লৈমানে পুন্না লৈমা (নুপী) তরেৎ পান্নদুনা—১। মঙাঙ, ২। লুৱাঙ, ৩। খুমন, ৪। অঙোম, ৫। মোইরাং, ৬। খা-ঙানবা, ৭। সলাই লৈসাংথেম, অসিনচিংবা য়েক-সালাই তরেৎ পোকখি।। মখোই তরেৎ অদুনা কংলৈ (State) তরেৎ থোক্লা পান্নখি।। কংলৈ ৭ অদুনা পাক্লা সম্না পানখিবা লৈবাক অদুবুনি "কংলৈপাক" হাঙ্গরিবসি ।।০।।

কংলৈপাক অসিদা পাম্নখিবা য়েক-সালাই ৭-কী নিংথৌসিং, পানমিন্নবা মতম (Contemporary) অদু "লাইরিক" অসিদা উৎচরি।। লোঙ্গননা চীঙগী লমদা হাউ (চীঙমী-Schedule Tribe), চীঙ, অমসুং তময়াদা লোইসিং (Schedule caste) না পান্নকখিবা, মীতৈ পাংঙনসিং, মীতৈ বামোনসিং, মীতৈ নিংথেমচাসিং, অসিনা করম্না হৌরকখিবনো হাঙ্গবা মতাংসিং উৎলি॥

কংলৈপাক্কী কংলৈরোন, ( History of Kangleipak ) গী হাইবদি কংলৈ ৭-কী নিংথৌসিং তাঙ্কক ৭ থোক্লা উৎচরি ॥
চৈহি কুমজা ৪৬ হেন্না থিজিন্দুনা অখণ্ড অহৈ অহনসিংগী পাউতাক লৌজদুনা, মীতৈ পুয়াগী লীকলমদা "মীতৈ য়েক-সান্নাই অসুপ্পা" অসি ইজবনি ॥ লোনচন (Spelling) গী মতাংদা হেনবা ক্লাৎপা থেংনবীরবসু চুমথোকচগনি ॥ লাইরিক অসি মতম কুইনা ফোংবা চমজরুদ্রবনি ॥ অদুবু, ভারত সরকারগী "নেসনেল আর্কাইভস ওফ ইণ্ডিয়া, নিউদিল্লিগী সেন্থংগা লোঈ-ননা ফোংজবনি ॥ মসিগীদমক্তা ডিপার্টমেণ্ট অসিগী অমসুং স্টেট আর্কাইভস অনিগী তৌবীমল কাউজদে ॥ অসিগীসু মথক্তা থাগৎ-ক্লারোল পীবীরিবী ডাঃ সরোজিনি, ডিপুটি ডাইরেক্টর ষ্টেট আর্কাইভস ; থাগৎ-ক্লারোল পীবীরিবা ইবুংঙো লাইঃ লোকেন মীতৈ, রিসার্চ অফিসার, মীতৈ মক্লক ১সুং Md. Kheiruddin নচিংবা ঈবেম্মা, ঈবুংঙোসিংবু অর্মাদ প্রেসকী স্তাবসিংবু ওমখৈ লৈতনা হরাউবগা লোঈননা থাগৎচরি ॥০॥

অরোঈবদা— মীতৈগী সক্তম ( Identity ) ওাক্লনবা, কম্ম-বগীদমক্তা থৌক্লাইনা পোক্তা পীবীখ্রবা মখোইগী লমনবু তাঙ্কক অমা ওইনা, লাইরিক ( মীতৈ য়েক-সান্নাই অসুপ্পা ) অসি ফোং-জদুনা, সিংজবা সকচগে ০।

N, B.— মীতৈ ঈয়েক্তা ফোংজনিংবনি, অদুবু মীতৈ ঈয়েকপু সিদ্রিফাউবা য়েংকনি হাঈবা শান্তিদাস সাবসিংনা পাবা ওয়নবা থন্দুনা বাঙ্গালা ময়েক্তা ফোংজরবনি ॥০॥

| | |
|---|---|
| কালেন, থাবুং | লুক্লাঙচা অয়েকপম তোম্বা মীতৈ |
| ঈরাই | ( 1st National Award Winner |
| ৩ । ৫ । ১৯৯৬ ইং | on Child welfare-in North-East). |

(১৮)

নৌনা হৈবা, পুয়ামানবা, মীতৈগী লাইরিকসিংদা

ইনবা, কৌনবা, চৎনবোন খবা ঃ—

১। মঙাঙ (নিংথৌজা) চানুবু— ৱাঙমলোন কৌই।
২। লুৱাঙ চানুবু — নুংবাল্লোন নত্রগা য়োইরুমলোন কৌই।
৩। খুমন চানুবু — কাইরেমা, হাউরেমা, খয়াইরোন কৌই।
৪। অঙোম চানুবু — নোংবাল্লোন কৌই।
৫। মোইরাং অরিবা চানুবু— ঈৱাংলোন কৌই।
৬। ,, অনৌবা চানুবু— কৌবারোন কৌই।
৭। খাবা চানুবু — খাবারোন কৌই।
৮। ঙানবা চানুবু — ঙানু নত্রগা ঙানুরোন কৌই।
৯। সরাং লৈসাংথেম চানুবু — লৈসাংথেম্বী
১০। চেংলৈ চানু — চেংলৈবী
১১। অঙোম চানুবুসু— লিম্লোইঙম্বী, হাউচোং ঙম্বী, চাংপোম্বী, য়াউসুঙম্বী, লম্দে লঙমবী, খমপায়বী
১২। কাইজম নিংঙোন — ৱাংঙম লাকহিকমোম।
১৩। ময়েংবম ,, — য়াউরেমা চানু
১৪। খুমুচেম চানু — লাইরেমা
১৫। আরাম্বম চানু — নাম্বাসু
১৬। লাইরেন্জম চানু — থোংলৈমা
১৭। নোংমাইথেম চানু — সুমলৈমা
১৮। থুয়োক্লেম চানু — সংলেমা
১৯ থাঙ্গা কমবোং চনু— তিনসুরোন
২০। চকপ্রম চানু — তৌকা ঙম্বী
২১। সানাম চানু — খমসুরোন, তামচাখোম্বী
২২। খুমন্থেম চানু — য়াংলে ঙম্বী
২৩। কোংবম চানু — খুমনখোম্বী
২৪। থিঙোম চানু — সেনবুং লোকপী
২৫। মংসিদম চানু — তাংখুন ঙম্বী
২৬। সোইবম চানু — তাইগোম্বী
২৭। ঙাংবম চানু — ঙাইখোং ঙম্বী
২৮। নোংচেনপম চানু — খাবরোন
২৯। পুক্লেরোন চানু — হাউকু লমদমনে
৩০। লোইচাবা চানু — লোই চানু অসিনচিংবা॥



ঈনিংথৌ ৺বুধচন্দ্রাগী মতমদা ব্রহ্মাসভাগী কেস-মেপো ৬১, বা.জ `° তাং ৩১।১০।৪৭ ইংগী হুকুম অমনা “মীতৈ-লাইনিংলোই” ৩৮ বু মাংই হাইদুনা ইহোবখি।। ৩৮ গী মনুঙদা ১০ খক হিংলি।। (হসম মনি ১সুং ঈরুংবম নোংয়াই য়াউনা)।। ফোটোদা উরিবা ভসিদি তাং ৯।১।৯৬ ইংদা লৈখিদ্রে ।।৩।।



লুরাঙচা অয়েকপম তোম্বা মীতৈ

——য়েংবীগদবা——

১। লাইনিংহল নাউরিয়া ꣺ফুলোনা ১৯৩০ ইংদা। হাফলংদা জি, আর্, পি রিজার্ভ ওফিসার ওইবা সরকারগী থবক থাদোকপীখি ।।০।।

অদুগা ইং ১৯৩১, এপ্রিলগী তারিখ ১৩ (লাইখুন্দিন) নিংথৌকাবগী য়াঈফা পুংফমদা কাছাড়গী— লাইশ্রমখুন মমাঙ লৈকাই (ঞারিবোন, ঝাফিরবন্দা) দা꣺ফুলোনা অপোকপা মরুপ" লিংখৎপিখি॥ (শকাব্দ ১৮৫৩/কৃষ্ণ একাদশি, চৈত্র ৩০ কুম্ভ রাসি) ।।০।।

২। লাই ওইখ্রবা অহন, ঈবুংঙো তখেল্লম্বম ꣺বোকুল, পুখ্রম্বম ꣺সুরচান্দ অমসুং মনাউ ঈবুংঙো পুখ্রম্বম ঈবোমচা মখোই ৩ না লুচিংদুনা কংলৈপাক্কী (মনিপুর), ৱাংখৈ থম্বালখোংদা, কালেন থাগী ৩-নি (অক্ষয় ত্রিতীয়া) পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা "মীতৈ মরুপ" লিংখৎখি ।।০।।

সানামহী লাইনিংহনসিংবু খুরুমজরি॥

# য়াউফম তাকপা

( হিরম লামাই )

১-বা পন্দুপ

## কংলৈপাক্তা মীতৈ হৌরকপা

হিরম— লামাই—

## ২-বা পন্দুপ

কংলৈপাক্তা মীতৈ (তম্মী) গী য়েক-সালাই ৭ কী-সাগৈসিংগী অমমমতা ওইবা মমিং থোক্লকপা।৮॥



## ৩-বা পন্দুপ

## ৫-বা পন্দুপ

### কংলৈপাক্তা বামোন হৌরকপা বামোন খুন্থোকলোন.

হিরম লামাই

## ৬-বা পন্দুপ

### কংলৈপাক্কা নিংথেমচা হৌরকপা



## ৭-বা পন্দুপ

# খংহঞ্জবা অহুমদং

১। মীতৈগী য়ুম্নাক খুদিংগী মমৈদা "ম" না চল্লিবা অসিগী মরমদি ঃ— হৌরকফম য়ুম্নাক-সাগে অদুগী "ময়ুম"-নে ; হায়বা খঙননবনি।

২। য়ুম্নাক অমদা য়েক য়াম্লিবগী মরমদি ঃ—

(ক) সাগে অদুগী মীওইনা থোইদোক্পা সিনফমদা মিংনাঙ্গৈ-রুবা, মিংচৎলুবা॥

(খ) সাগে অদুগী মাইয়োক্তা লৈরুবদগী চেনখিদুনা অতোপ্পা সাগে সালাইদা নপাসিনখিবা॥

(গ) সাগেনা ইস্তোরকপদগী মীগীদসু চংহন্দা ; মরম্নাই ওইনা লোম্না লৌজবা॥

৩। "মীতৈ-য়েক সালাই" অসিগী ফংফম ঃ—

(ক) মীতৈ ফুরুপকী— সঙলেল, তেরাকৈখেল, চীলদ্রেন-হোম, ইম্ফাল॥

(খ) কৈশাম্পাৎ মীতৈ ময়েক শঙলেন॥

(গ) অাঁতে অাঁতে সরূাইরবা॥

---

১-বা পন্দুপ

## মীতৈ য়েক্‌-সালাই (অসুপ্পা)



## "মীতৈ য়েক-সালাই নীকখুন"

## (১)

( মীতৈ.........হৌরকপা )

অদুঙৈ···· হৌরকখৈগী য়ানি॥ কনাসু করিসু লৈতরিঙৈদা "ঈপুঙ লোঈনবা অপকপা" মথক্তমক লৈরম্মী॥ করিমত্তা লৈরমদবদগী লৈরকপবু পকলকপা কৌই॥ মীতৈদি "ঈ"গী সাইওন-সাংওননি হাইবা খঙনবা ঈপা, ঈমা, ঈচা, ঈসু-হাইনা "ঈ" তবু পরক-পরক্লনা মিংগৌ থাগৌনরি॥ অদুনা "ঈ"গা লোইনরকপা য়ারী ওইবনা ঈহান হেক হানবা মপু অদুবু "ঈপুঙ লোইনবা অপকপা" হাইনা পুয়ানা তাকই॥ ঈপুরোই সিদবা, অতীংঙা ( অতীয়া ) সিদবা, অতিংকোক সিদবা

অসিনচিংবা মিংথোনবু মহাক্কী ওইখি ॥ সিদবা মপু মহাক্কা ওন্ন-ওন্না সাইওন লাংওন পুথোক্তুনা নুংসিৎ, নুংসা ঈসিঙনচিংবা অমদি অপান অরং, মালেম লৈসা, চীং-মান, নাপী-সীংবী, উরী উপাল............ খেপ্পীক ওইখি ॥ অন্নাং কৌব্রু অসুপ্পা, নোংপোক চীংখৈ-অপানবা, থাংচীং কোইলেল লাই সিদবা, খা-না চাউবা ব্লাংপুলেন (ব্লাংব্রেল) লাই সিদবা, ঈরাই পুলেল পুলিং লাই সিদবা, লাইনিংথৌ পাংকনবা অসিনচিংবা সাইওনসু ঈপু-রোইনা পুথোকখি ॥৩॥

ঈপুংলোইনাবা (অপকপনা) মহাক্কী মনিংসা য়েৎলনদগী সালাইলেম্মচিংবা লাইরেম্মাসিং অমসুং ওইলমদগী লৈমালেম্মচিংবা লাইরেম্বীসিং পুথোকলে ॥ অদুদসু নত্তনা "ভুরিক-ভুখোংদগী সারোই কাঙল্লুপসু পুথোকলে ॥ অসুপ্পা পুথোকখিবসিং অদুনা কৌব্রু চীংদা কাদুনা মহৈ-মহৈ খুত্তা লৈতানরে" ॥ সালাইলেম্মা (সোরারেম্মা) মখোই পুম্নমক্কী মথক্তা নিংথৌ ওইনা নুংঙাই থোইনা পাল্লে ॥ সিদবা মপুনা, থক্কা খাগা অনিগী মরক্তা ওন্না-ওননা সাইওন-লাংওন্দুনা পুথোকপীখিবা "থৌব্রাইপানবা খৌবক্কা মপু মাবু খিদুনা মপ্প তমা লৈ হাইবা খঙননবা, সালাইলেন সিদবগী মফমদা তলং লাইপাউবু পীরক্লে" ॥ লাই-লাইপাউগী মতুংইননা লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদবগী অসেংবা ঈসাইফু ইরোননুংদা নুমিৎ হুম্মিসুবগী অঙাংগী মওং ওইনা সানাগী মচু মানবা নৌব্রা অমা ফংজরে ॥ সানাগী মসক-কুমনা লৈতেংবা নৌব্রা অদুবু উবদা "সানামহী" হাইবা নিংথোনবা থোনবীরে ॥ সালাইলেননা মচাগী মতমগুম্না লৌখৎতুনা লাই-রেম্বীদি সিদবী লৈমরেন্দা পীসিল্লে ॥ ঙাংলৈনবা নৌব্রা অদুবু "অঙাং" হাইনা মিংথোনবীদুনা লৈমারেননা চেৎন-চানা কোন-সঙ্গরে ॥ "তরুক্কি সুবা নুমিত্তা ঈখৌ ঈপাল লাংহন্দুনা ঈম-কৈ

সেংদুনা "কোনসেং তুরৈসেংবা" মিংথোনখ্রুসু পীবীরে ॥০॥

কোনসেন তুরৈসেংবনা (সানামহী) চাউরক-সাংলক্লবদা, মপাবুং ইবুংঙো সালাইলেন সিদবনা কোলোই মন্নাথংবু তাউ-থবীরে ॥ তলং লাইপাউগী মতুংইন্‌না, মচাবু মথৌ-মঙম ওইনা, তাইবংমীবু সাবা হৌরো হাইনা তাকপীরে ॥ মপাবুংগী ন্নাথং থোইন্না নিংথিববু চরৈ ফিগাও-সা, সমু মকোক-থোং, হোই-ন্নারে ॥ সানামহীনা অহানবা সাবা পোৎলমবু মপাবুংদা কৎ-সিল্লে ॥ হেক্লা ওইবা ন্নাখিদবনা মপাবুংনা মথৌন্নাইবু হাপ্পীদুনা "নমু-মিতম্-ঙা" (ঙামু) হাইনা মিংথোনবীদুনা লাইজনুংদা থাদোকলে ॥ অসুম্না সোইন-খনননা সানামহীনা কয়ামরুম সাখিবসিংবু মপাবুংনা মথৌন্নাই ওন্না হাপ্পীরে; ন্নাহি-মুনু, ককচেং-খোইয়া, ঙা-কৌজেং, খোংলি-লাউরিবা খেবীকপু ওইখ্রে ॥ ঈকোন কোনবদা, অতিন্না সিদবগী মমিৎ মনুংদা লৈবা মিৎ-মাহাদা তারিবা সিদবগী মিরেলবু মাননা মপাবুংগী ন্নাথং-তুংইননা মিদগী মিতম লৌদুনা সাখিববু, "মী" কৌদুনা পু-থোকলে ॥ পুথোকলিবা মী অদুবু মপাবুংদা কৎসিল্লে ॥ মচানা সারিবা মী অসিদি পোকপা সিবা নাইরগদবনি অমসুং মম্মা পীবুকনুংদগী তাইনবা অসিদা হেক থোকলকপদা পঙথগদবনে, তা কপীরে ॥ অদুগী মরম্না "তাইপং-মী" হাইনা কৌরে ॥ মিদা সাইওন তৌদুনা পোকখিবা সাখিবা তাইবং-মীনা, সাখিবা পুম্নমক্তগী তোপ-তোপই, অতৈ অমা ওইরে হাইবদগী "মী+অতৈ=মীতৈ" হাইনা কোলোই মিংথোনবীরে ॥০॥

লাইপাউগী মতুংইন্না সানামহীগী মতীক-ময়াইনা ওইখিবা, সেমখিবা মী অসিদি পুম্নমক্তগী খৈরে লোমলে হাইবদগী "মী খলৌপা" হাইনসু খঙনে ॥ মী খলৌপা অসিগী মপুঙফাবা নিংথিজবা চেংলৌবু ......... লৈমারেল সিদবীনা উজরবদা তিম্নাং-খোইদাজরে ॥ মপুগী কোম্দগী তুকথখিবা তিম্নাং অদুবু খোইদাজরুবনা লৈমারেলগী খোইজিখাদা তুঙদুনা, নাউপুন

ওইনা য়োমদুনা, পীপুকনুংদা, লৈখ্রে ॥ থাবুং তরা নাউপু-ক্করগা তাইবংপাল ফাউরককলে ॥ লৈমারেলগী পীবনুংদগী তাইননা অসিদা হেক খোকলকপদা ওাইহাক মাব পওথরে ॥ সালাইলেলগী য়্যাথংব অমত্তা বাইদরে ॥ মী থলৌবগী হেক্কা মপুঙ-ফাবা সত্তম ওইনা উৎলরে ॥ নুংিৎ সিংব্রম তরক্কি সুব্বদা সিদবা মপুনা "লৈবাক মাইবা খুদাই তাঙবা নিংথৌ মাইবা চীরাইহনবা" সাদুনা, মাইচৌ মাইচৌ ওইদুনা অমাইবা অমাইখী সাদুনা, অনম অখৌ কোকপীরে; লাইডা ঈপাস থাবীরে; নাহে লাইশোল হাইদোকপীরে ॥ লাইল্পকীদি অকোন-বদা, মীওইবগীদি মচীনঙেদা পোনথিবাঃ পোকপা মতমদা ঈ পুম্নমক তুকথখিবা, তাইবং মাউরক্লিবা মৌম্বা তঙাং তদুব "কোনচীন তুকথবা হাইনা কোলোইবীরে। থাবুম তরা নাউ-পুদুনা পোকলকপনা থিন্দনা হুম হুম চাখিৎলক্কে ॥ সারেপ ফারে, "পা" (মপা) ওইবগী ময়াই পুম্নমক পুর খঙলে হাইব-দগী অমদি মপাবুং সলাইলেলগী ফম্নাল ফানখোঙব তরেৎনক কৌইদুনা ফম্বাল মেনব তোংজখিবনা, "পাখঙপা" (পাখংবা) খিংথোল ফংজখি ॥ অদুদসু নত্তনা মিংলেল মিংথৈ তারামাসু ফংজখি ॥ মমেথংদা "ঈ" পুম্নমক্কী মকোক ওইনা নিংথৌ ওইদুনা পানখি ॥ অদুগীদমক মহাকপু ঈপুখৌ পাখঙবা (ঈবুধৌ পাখংবা) অমদি ঈনিংথৌ পাখঙবা অসুমনা খঙনখ্রে ॥০॥

## ( ২ ) :–
## ( কংলৈপাক কৌবা )

'অমলোমদনা ·· ··· সানামহীনা চীংউ খোইয়ুম, অচেৎ-চক্তা, লেংলি পাল্লিবা খিবীঙ্গী নিংথৌ ওইদুনা লৈরে ॥ * হা * হুং * হৈ * হে * হিং হাইবা ঈপুঙলোইনবা অপকপগী মিংথলেল অসিবুসু পীনরে ॥ ঈপুঙলোইনবা অপকপা, লাইগীদি লাইনিংথৌ তিংনা লোম্না পানবা তিংপামবা (তেংবানবা) মপু, কোনক্লেন তুরৈসেংবা, সানামহী, য়াইবী কোনগী মপুথৌ, কায়াৎ কালেল সাংথোবা, লৈরক কোনসাঙ সিল্লিবা, য়েক্ল-সরোই লাল-লোইবা, খোবাম্বুংদা লাম্লাবা, নোংমদোন থক্তা পলওইবা, হুজীংনা নাউ-কোনবা, থৌরাই হাঙনা খঙনবা, সম্ভোংগীদি মরিবা, যুক্সাগীদি লাইরুবা, থোংঙাক্লেল্লবু ওহরিবা, সুন্দংখাদা খৌসাবা, কৈদা লৈবে কৈরুংবা, লমজুদি লমাবা, লৈপাক মাইবা খুরাইতাংবা, নিংথৌ মংবা চিংগাইহনবা ··· ··· মপু মাগী সাইওনসিংগী মিংলেল মিংথেরোনসু মহাক্কী ওইখ্রে ॥ অদুনা সানামহীনা পুম্মক্কী ল্যাইনিংথৌ ওইদুনা, মপাবুং সালাইলেল সিদবগী য়াথংবুসু কাঙদনা, তাইবং খুনপাল-লৈপালবগী মরমখিবীকপু, মসানৌ ঈবুংঙা পাখংবদা মথং-মথং তাকপীখি ॥৩॥

"ঈপুঙলোইনবা অপকপনা ঈনুংপুঙদগী মালেম লৈসাবু, হয়ো ফুকথৎ চিংথৎ থাংকৎলকতুনা কৌক্ল কংলা ওইখিবা, কৌক্ল চীংলেনথক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীসিংনা নুংঙাই থোইনা পান-খিবা, মতাং অমদনা সরোই কাংলুপনা মপাঙল চৈথেং উত্তুনা লাইয়ামসিংগী মথুযম মুনগে হাইনা লাক্তারকখিবা, অদুতসু নত্তনা তরুং ঈনুংপুঙগী ঈসিঙবু চিথোকখিবনা ময়েক লানা কংবা হানবা মফমবু, কংলা কৌখিবা, কংলাগী থেনপুংদা লাইয়াম-সিংনা কায়াৎলোনে য়েংনা ঈম (কুম) সাখিবা মফমবু কংলা

ঈস্ফম কৌখিবা, কংলা ঈস্ফম্ব, কংনা লৈ হাঙ্গৈবদগী কংলে হাঙ্গৈনসু খঙনখিবা, কংলা কংলৈনা লৈবা পুঙ মফমব্‌না কং-লৈপুঙ নত্রগা কংলৈপুং-ময়োল হাইখিবা ; পুমসুপ সুপচীন্নগা...... কংলা কংলৈনা পাক্লা সম্না লৈ হাইবদগী "কংলৈপাক" হাইনা খঙনখিবা ; অমদি লাইয়ামসিংনা ঈহান-হানবদা কৌক্লদা খুন্দাখিবা, মখংদা কংলা-ঈস্ফমদা লাকতুনা (কুমলকতুনা) পাল্ল-খিবা" ... ... অসিনচিংবা ঋারী লিপুন পুম্নমক মসানৌ ইবুংঙো পাখংবদা লাইনিংথৌ সানামহীনা সিৎ-সিৎনা তাকপীখ্রে ॥০॥

## (৩)

## (য়েক-সালাই তরেৎ পোকলকপা)

কংলৈপাক কৌবা লৈবাক অসিদা, লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদবগী হকচাং (হকচাং) কায়াত্তগী নুংপুং ঋাখন্না তাদুনা থোকখিবা, পুথোকখিবা লাইলুপ ..... লাইনৱা তরেৎমকপু পাখংবনা পান্নখি ॥ মচানুপা তরেৎ পোকখি ॥ মখোই তরেৎ অসিবু সালাইলেলগী কায়াত্তগী থাইখিবা সালাইলুপ সাখাই লৌদুনা "সালাই-তরেৎ" হাইনা খঙনখি ॥ মখোই অদুদি :—১। মঙাঙ ২। লুবাঙ ৩। খুমন ৪। অঙোম ৫। মোইরাং ৬। খা-ঙানবা ৭। সালাই লৈসাংথেম অসিনি ॥

(১) নুরা ঈবেম্মা লাইকোক হুইমুলৈ পুকসিখোম্নীনা অম্মক্লী খোঙলৈ মচুনা ঙাঙপা মতমদা "মঙাঙ" পোকতুনা কংলাগী ঙকসঙদা, ঈমাঙথোঙদা, কংলা সঙ্গাইদা লৈখি ॥

(২) নুরা ঈবেম্মা হুইমু লৈমানা কোইলৌ মমিনা ঋাংনা

ঙৌনা লংনা য়ুংপা খোঙলৈ মতমদা "লুয়াঙ" পোকতুনা কেকু-পাত্তা, লাংকোন্দা' লুয়াঙখোংদা, লম্ফেন্দা লৈখি॥

৩। নুরা ঈবেম্মা লোইখুম্বী মন্নাই থোংঙাইলেলপীনা, কোইলৌ মমিনা খুনা মমপা, মুপা খোঙলৈ মতমদা "খুমন" পোকতুনা কুসঙদা, য়াইলিপোক্তা, উমুখোংদা, লৈকোইপুঙদা, পুমলেন্দা লৈখি॥

(৪) নুরা ঈবেম্মা লাইয়েক পীথেৎলৈমানা, নুংয়াইখোঙলৈনা মেমানপা অচীকপা মতমদা "অঙোম" পোকতুনা কংলাগী কোন-থোংদা, ওকসঙখোং মখাদা, কোম্থাদা কোংবদা লৈখি॥

(৫) নুরা ঈবেম্মা উম্নুম খাউচাউ তোনপীনা, কোইলৌ মমিনা, অয়ুক্কী ঈচীকঃ অমম-অঙান, মুনা ঙাঙনা, সিন্নানা লাংপা মতমদা "মোইরাং" পোকতুনা, স্না কৈথেলগী নোংচুপ্তা, লৈকোইপুঙদা, লোক্তাক্তা লৈখি॥

(৬) নুরা ঈবেম্মা লৈথম তালি লৈমানা, কোইলৌ মমিনা য়ুংনা থক-খা ঙানবা, লুমনা, ঙানবা খোঙলৈ মতমদা "খা-ঙানপা" পোকতুনা কাংপোকপীদা, লাংকোন্দা, লুয়াঙচীংদা, সালাংমাইদা, তাক্লাখাদা লৈখি॥

(৭) নুরা ঈবেম্মা নোংহাইনু লিলি লৈমানা, কোইলৌ মমিনা আতীংআ ওইনা য়াচঙলকপা খোঙলৈদা "সালাই লৈসাঙ-থেম" পোক্তুনা, নুংসেং মপান্দা, নোংহুমসঙদা, নম্বুল্দা, লৈসাঙ হিদেন্দা লৈখি॥

অসুম্না ··· ··· পাখংবনা লাইলুপ তরেৎ পান্দুনা মচা তরেৎ (সালাই তরেৎ) অসি পোকখি॥ মাগী মাগী তোঙান-তোঙানবা লৈফম তম্মীখি॥ মখোই সালাই তরেৎ অসিবু 'সাগৈ তরেৎ' হাঈনসু খঙনৈ॥ অসিগুম্বা সাগৈ তরেৎ অসিনা কংলৈপাক্তা পীকথম্না পাথোকপামখি সুখাঙ-সুখাঙ নাইনা সম্থোরক্লে॥ ··
"নোংহুমসঙদা লৈবা, খুম-খুম নিংথৌগী নৈতা" মালিয়াফম পালচবু ঈংঙা কুমতম ঈংঙেল কুমথাই মতম লৌদুনা কুমচৎ

সিঙথালোন লাইলি লাইচৎ নুমিৎ থাসিং; চৈহি চৈচৎ হৌদোকলে ॥ মহাক্কা লৈমা-তানু পান্নদুনা কোস্থৌপা পো কলে ॥ কোস্থৌপা অসিগী সাগৈবু হাউলোকপম [হৌলোকপম] ওইখিয়ে ॥ হাউলোকপম চনু মমোমলোই কোনথৌপাবী ঈদা সাৎচবী তক্কাবু অমদি মীতে চনু মমোমলোই কয়াবু লাইনিংথৌ সিদবা সালাই-লেম্না লৌই ॥ লাইনিংথৌ সিদবা সালাইলেলগী খুৎথা-হৈ, নমু তাইবং চাতোন-সুতোনসিংনা, লাইগী চাতা-নাউতানি হাঈনা চৎলগদবা মরমবু তাকপানবা কংলা সংগাই মেনসংদা তানয়ে সেনবুং য়েদুনা লাইয়াম পুন্নমক্কা খুনতিন য়াকা য়াথোক্কে ॥

লাইয়ামসিংনা খুনতিন য়াকা-য়াথোক্কবদা পাখংবগী মফমদা সালাঈলেম্না তাইবং লোনচৎপু তাকপীরে ॥ "ঈচাগী চাদা নাউতানা লাঈগী লীচৎপু লৌদুনা চৎপা য়ারোইয়ে ॥ ঈচাগী চাতা নাউতানা লাইগী লুপনা চৎলগা য়ীদম লৌদুনা চৎপসু য়ারোইয়ে ॥ ঈচাগী চাতা নাউতা সালাঈ তরেৎ অসিগী চাতা-নাতানা, মাগী মাগী সাগৈ মসেলগী ঈ-মসেল চানৌ মৌলৈনবা য়ারোই ॥ থৌরম অসি নাইরবদি পুন্সি নুংসাংদে ॥ মীরুপ লাইরুপ পুন্নমক্কাসু য়েকনৈ ॥ মপুন্সিদা মৌনবা (ফত্তবা) ওই ॥ মাগী মাগী সাগৈ-সালাই পুন্নমক্কাসু য়েক্কে ॥ মহাক মহাক্কী ঈগী [নাউতাগী] সুথাও তরেৎলক্তা সাগৈ মুৎপা ওই" … অসিগুমবা ৱারক চৈরাক অসিবু লাইনিংথৌ সালাইলেম্না সালাঈলুপ সাখাইগী মচা-মসুসিংদা তমখিস্রে ॥ অসুম্না তখিস্রবা পুথাংকোক পাথাংকোক অমসুং ঈখাংকোক্কা চৎনগদবা, পাথাপ পরিং অসিবু "য়েক" হাইনা খঙনস্রে ॥ মমেথংদা সালাইলুপ সাখাই অমসুং নাওতাসিংনা "য়েক-সালাই" তরেৎ হাইনা হাঈস্রে ॥০॥

---

## ( ৪ )
## ( চীংমী-তম্মীনা মীতৈ ওইবা )

কংলৈপাক্তা য়েক-সালাই তরেৎকী চাতা-নাউতানা সুথাঙ-সুথাঙ সন্দোরকতুনা মীগী মীমক্তনা কীক-কীক ইন্নখ্রে ॥ সাগে তরেৎকী নাউতানা কংলৈপাক কৌবা লৈপাক অসিদা মনীল নাইনা পাল্লকলে ॥ মঙাঙ কংলৈ, লুৱাঙ কংলৈ, খুমন কংলৈ, অঙোম কংলৈ, মোইরাং কংলৈ, খা-ঙানবা কংলৈ, সালাই-লৈসাঙথেম কংলৈ ...... হাঙ্গৈরিবা কংলৈ তরেৎ অসিদগী সন-দোকখিদুনা কংলৈপাক অসি মীগী মীমক্তা ঙাইখরে ॥ চীং-মান, উরক ৱারক, পাৎথি-কোমথি পুন্নমক মীতনা পারে ॥ নিংথৌ তরেৎনা পাল্লিবা কংলৈপাক অসিগী মাইকৈ মাইকৈদা, খুন্তা লৈতাননবা, সমজি খাঙ্গৈনা হাংদোক্লরকলে ॥ অসুম সন-দোকখিবনা লোইবী চীংজাও কাদুনা খুন্দাফম থিনরবলে ; মহৈ মহৈ খুন্দানখ্রে ॥ চীংদা লৈবগী হৌনসা চহি কুমজা-কুমজা নাইনা খুনহোংবু তোইনরে ॥ অমনা অমগী সাজৎ লোলচৎপু উনরক্লখিদ্রে ॥ কাংলুপ কাংলুপ, মচেৎ মচেৎ খাইদোক্লরক্লে ॥ মহৈ মহৈ খুনহোং তোইখিবদগী লোনচৎ সাজৎ তীন্নরকত্রে ॥ কাংলুপ কাংলুপকী পরিং পাথাপ নাইনখ্রে ॥

মীতৈ ( য়েক-সালাই তরেৎ ) না লোইবী চীংথক্তা খুন্তা লৈতানা লৈরকপদা তমজ্রবা লৈতনা মথোইপুম্বা হৌ-হৌ হাইবা য়াম্না কোলোঙ্গৈবু ঈরোইনখি ॥ হৌ হৌ হাইবা খোন্থোক অসিনা মথোইগী হৈনবী ওইনখি ॥ মথোই অদুবু "হৌ" হাঙ্গৈবদগী থৈথরকতুনা "হাউ" হাইনা খঙনরে ॥ চীংদা লৈখি হাইবগী-দমক্তসু "চীংহাউ" হাইনখি ॥০॥

মীতৈ হাইবা ফুরুপ অসি সরুক অনিথোক্লা তরং-তরং উরকলে ॥ অহানবা শরুক্লা তম্পাক্কী লৈতেম মাম্নবা লমদমদা

লৈহৌবা মীতৈ ( তম্মী ) নি॥ অনিসুবা সরুক্তা চীংদা কানা খুন্দাখিবা মীতৈ (চীংমী ) নি॥ তদুনা মীতৈ হাঙবা ফুরুপ অসি তম্মী অমসুং চীংমী পুল্লগা সাবনি হাইবসে মালেম অসিদা তসেং-তসেংলে॥ চীংমীনা চীংদা, তম্মীনা তমদা নুংঙাই থোইনা লৈনখ্রে॥ চীংমীগী লোলচৎ, তম্মীগী লোলচৎ হাইনা লোলচৎ অনি থোকখ্রে॥ অদুতসু নত্তনা চীংমীসিংগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা লোলচৎ হাইনসু অমুক থাইদোকখ্রে॥ খুনহোং তোইবনা চীংমীগী মরক্তা মচেৎ তাবা, কাংলুপ থাইদানপা হাইবা ব্রাহ্মণ অদু থোরকখি॥০॥



## কংলৈপাক-কী কোননুং, কংলাগী সা-"মাঙ"গী সক্তম॥

চীংমী তম্মীনা চাং অমসুং তমদা মীতৈ হাইনা মনিল নাইনা, নুংঙাই মরাংকাইনা পানখ্রে॥ কৌব্রু চীংগী চীংথক্তানা লাই-নিংথৌ সালাইলেল্লা (সোরারেন) পুল্লমক্কী মথক্তা সাইওন-লাংওন

তক্কীদুনা লৈখ্রে ॥ মাংদ-মাংদা হাইখিবা সরোই কাঙলুপকী ব্রাযশ্ম অমা নিংসিংবা য়াই ···· ··· নাহাললনোং, কৌব্রু চীংদা (লোইবী চীংদা) লৈখিবা সরোই কাংলুপ অদুনা লাইয়ামসিংগী মংম্ৰমবু মুনগে হাইহংগী নাত্তারকখি ॥ লালওংনা মথোং হুক-লকত্রবদা ঈপুঙলোইনবা মপু (অপকপা) না "নাইনিংথৌ নোং-সাবা" সাইওন্দুনা সনোঙ্গুমা হাৎখি ॥ সরোই নিংঙোল চনু অতোমবী অমবু সালাইলেনগী নুংসি মিৎয়েং ওইনদুনা থাক-পীহৌই ॥ ··· ··· লোইবীচীংদা থুন্দাখিবা "হৌ-হৌ" হাইব-দগী "হাউ" হায়না খঙনরবা মীতৈসিং অদুনা হৌজিকতি সরোই অতোম্বীগী মতমবাতা (চীংনাইপতো) য়াঙ্গোইদুনবু লৈজনে.. সরোইমক্কী মচানি হাইখ্রে ॥৩॥

চীংদা অমসুং তমদা লৈরিবা মীতৈ (চীংমী + তম্মী) না হৌরককম কাংলুন মাঙ্গরকপা, তীম্নরকপনা পুননা ওসি ফাউবা, লেক-সালাই তরেৎমক লৈরেনি ॥ "চীংমীসু তম্মীসু মীতৈ-নি ॥" মসিগী অরাবা খুদম অমনা লেক-সালাইনা লেংদ্রবা চকনি ॥ হৌরককম সাৎনেমহম লৈজবা, লেক-সালাই ৭ (তরেৎ) কী মচা-মনু মাৎনেম ওসিদা "মীতৈ" হাইনা খঙনরি ॥৪॥

---

( ৫ )

( হৌরকফম কৌব্রুদা হনবা )

মীতৈনা কৌব্রুদগী হৌরকতুনা কংলাদবু চাউজখি ॥ হনবা (সিবা) মতমদসু হৌরকফম ওইখিবনা কৌব্রুদবু হন্নরি ॥ হৌরকফম মফমনি হাঙবদগী কৌব্রুবু—"অব্রাং কৌব্রু অসুপ্পা, ঈয়েল খুন্দা অহানবা, নুংথৈ মউ লিংলিবা, ঈলিক ঈপান থারিবা, পোইরৈ মীতৈ খুন্দা অহৌবা, লাইজা ভুরেল ঈমাই খেবা, ঈঙৌ হংথোং লোনবা, ঈমু হংচে সুবা, সালাই সাথোং থিংবা, লেমলৈ ঙাথোং লোনবা, চীংঙৌ খোংফাং চাউবা লাই-নিংথৌ ... ..." অসুম্নবু সৈথানরি ॥ য়েলহৌঙৈদগীনা ঙসি ফাউবা অসিদা পোকপা সিবা হাইবসি; ঈথামক-থাঙমদ্রবা খোংফম অমা ওইররি ॥ পোকপগা সিবগা লৈনবা নক্কবা মরী অদু কৌব্রুগা কংলাগা পাংথকনি ॥ কংলাদবু চাউবনা কৌব্রু-দবু হন্নরি ॥০॥

ঐখোই (মীতৈ) না মালেমথক্তা পোকলকতুনা মতম খুজিকমা তাইবং কুম্মৈ পাংথোকলম্মে ॥ চীংজাও-চীংজাও ফুক লকলে ॥ থজিক্কী ওঈবা পুন্সিগী চেংজেম্নদি লোইসিন্নক; তিং-লম্বা উন্নদি খুইজিল্লক; তৌরাং ফক্তা য়াতারে ॥ অয়ো-মৈনিংদি কুমলকলে ॥ থাক-থাক হাপকৎলক্কে ॥ খানা চাউবা ব্রাংব্রেল ঈহৌরকলে—[খোং-খুৎ পোমলক্কে, থাখোং লম্বী থিংলকলে] কংলাদবু থুংলদুনা কংলায়াইবুং থীল্লকলে—[খোইদৌ থম্বাল কাংলক্কে; লাইখোং লম্বী ফুনকৎলক্কে]॥ মীওইবগী, সমু হকচাংগী য়াংবী-পল ওইরিবা; সা-পুম্নমকপু লেংহন্দনা অমত্তা ওইনা কোনসিল্লিবা, "সাকোলপন্ন" দবু থুংলরে ॥ লম্বী লমসাঙ লাকপনা ঙাইহাক পুঙোইমাবু ব্রাম্ব্রে ॥ ব্রাম্বুবা মফমবু ব্রাম্বপুঙ হাইবদগী "ব্রাংথোনবী" হাঙনা খঙনখ্রে ॥ মথং মথং ওইনা

তাইবং পুন্সি লমদাংগী ঈরু-ঈসেং-খোং "নুংসেং-খোং" বু য়ৌরবলে ॥ তাইবং মপু সিদবনা পীনরকপা, "হে-হা" মিংলেনবু মনুংহুদা থগুজরদুনা খৌব্রাই ল্লাংবা চীং লাংজিংবু কারে ॥ তাইবগুগী য়াইবী খৌব্রাইনা কোইনা লাকতুনা লোইবী চীংথক্তা লৈরক্লবদা পুক্কিংবু নুংওন নুংসিরকলে; "মকোই নুংওনচীং" হাইখ্রে ॥ মকোই নুংওনচীংবু লাম্ভোরকতুনা খম্নুং কিকোই লৌওনবী ঈমাগী নাক্তা থুংলে ॥ তাইবং থব্রাইনা সীগুম লম্বী চংবদা, পলেমমাগী য়াথং লৌ, ঙাইহাক পুন্জোই-থেনববু- মথৌ ওইনা ঙাকপগী "থোঙ ঙাক তসিথেনে" কৌয়ে ॥ পুন্সিগী তবোইবা খোংফমদা, তাইবংবু লোবচবী পলেম ঈমাগা লাই-নখ্রবদা; পলেম নতুনা পলেমসা, খমনুংথোংবু লৌওন্দুনা লান-থোকপীব্‌ "খম্নুং কিকোই লৌওনবী" কৌয়ে ॥ খম্নুং কিকোই লৌওনবীনা অসিথোংবু লানবীয়ে ॥ অসি-থোংবু লান্দুনা, মিতা-লোমতা ঈহৌবন্‌ ঈনেমহন্নগা "তাইবং পুন্সি-থোং" পুম্নমক হায়রে ॥ "খোংহাগপাং" নিব্বু হাঈখ্রে ॥ সিংলি নাউরি, পাফল্লি পুম্নমক্তা অমসুং (মথৌ লৌব্রুগা) দা খৌব্রাইগী খৌব্রাই মিরেলনা পলেম খম্নুং-কিকোই লৌওনবীগী হেনা-তুংইন্দুনা লাইরেবাকপু পাংখ্রে ॥ মীত হৌফম ওইখিবা, লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদবগী মসাইকোল কৌব্রু-লাইরেবাক্তা য়ৌজখি ॥০॥

(লাইরিক অসিগী লাঘাই ৪ হাঙবদা মী পোক্লকপগী রা য়াউখ্রে ॥ *লৈমালেল সিদবীগী পীবনকনুংদা থাবুং তরা নাওপুরুবা অদুবু, সাইওন তরা কৌই ॥ সাইওন খুদিংগী অমমমবু "লাইপুংথৌ" হাইনসু খঙই ॥ মরম অদুনা সাইওন তরা অদুবু লাইপুংথৌ তরাসু কৌই ॥ সাইওন তরাগী মথং-মথং ওইনা:—
১। পনথৌনা পলেমগী নৌবীফমদা য়াঈবী ঈলিক-ঈঙৌ পীবনু "নোংপোক চীংখৈ অপানবা" কৌই ॥ ২। য়াইবী ঈলিক-

ঈভৌনা মী ওইরকপদা কোক হাম্না সেম্মী, কোকপু "তন্নাঙপা কৌপাল্" কৌই ॥ ৩। কোক সেম্নগা লোইননা লেংজুম সারে; লেংজুম্ব "থাংচীঙ কোইনেল লাই সিতপা" কৌই ॥ ৪। মওং মথং মথং ওইরকতুনা লাবা অমোমগী মসক, মসক খঙননবা কায়াৎ উহম সেমলে; লাবা অমোমগী উফমবু "ন্নাংপুলেল লাইসিতপা" কৌই ॥ ৫। নৌন্নানা পলেমগী ঈগী থোংকাপ্ন য়েখৎতুনা চাকচা তমলে, সাহৌ লৈসা তান্নে, সাহৌ লৈসা তানববু "ঈলাই পুলেল পুলিৎলাই সিতপা" কৌই ॥ নৌন্নানা পলেমগী ঈ-চুপতুনা, লু, তোং, সিংলি পাফলি পুম্নমক ফাহল্লে, নুংসা হোল্লে, সামা পাঙ্গল ফংলে; "লাইনিংথৌ পাঙ্গলপা" কৌই ॥ ৭। নৌন্নানা লৈলোন নোংলোন কায়াৎ তরামরি য়াৎথোকতুনা নুংসা হোললবনা, অরাম খৌরাংলকলে সা অদু লাই ওইরে, অথোইবা কায়াৎ অমা ওইরে, "লাইনিংথৌ সালাইলেল সিতপা" কৌই ॥০॥ ৮। পলেমগী চাখিবা চিঙ্গাক্তগী মহাউ মতুমবু নৌন্নাগী থোইদৌদা লীক্লাগুম তারকলে, চাহম তাল্লে, মেন তারে, হরাউ তয়ামলে, চোং ফল্লে, য়াইফহীবু পোক্লে ঃ "কোনসেন ভুলৈসেংপা সানা-ঈ-মহী" কৌই ॥ ৯। নৌন্নানা তাইবং চীঙ্গাক্কী ময়াই-হী মংলবনা লাইগী সীঙদা চনবা য়াদ্রে ; তাইবং-সীঙ চল্লে ॥ পলেমগী নৌবীযমদগী থা-থোঙদা মমাঈওম্থা লৌথাগদৌরে ; "মী খলৌপা" কৌই। ১০। নৌন্নানা থাসিং তরা ওইরবদা তাইবং-মীগী লাংঙন ফাউরক্লে, অপুগী মিংলেন মিংথৌ "হুংঙা" বদু সোঙ্কলে, হুংঙা সোঙববু পা-খঙলে ; "পাখঙপা কৌই ॥" ... ... ... "মাসিবদু সাইওন তরা" কৌই ॥

মতৌ অসুম তৌদুনা য়াইবী থৈন্নাইনা, কৌব্রু লাইরে-ম্বাক্তগী ঈলীক ঈপাল থানা ( মউ লিংদুনা ) হৌরকপনা থম্নুং চংবা ( সিবা ) মতমদসু কৌব্রুদা হম্নবনি ॥ অসিঙম্না হৌরক

সাৎসকপগী লীকখুন অসি লৈবা ফুরুপ অদুবু, মালেম অসিদা "মীঃত" হাইনা খঙনরি ॥ য়েক-সালাই তরেৎনা মীতৈগী মসক তাক্লি ॥০॥

---

( ৬ )

( অপোকপা খুরুম্বা )

মীতৈনা অদুঙৈ ময়ুম ফুঙ্গা লিংলকপদগীনা ঙসি ফাওবা "অপোকপা" কৌবা লাইবু খুরুমনৈ ॥ কনাসু করিসু লৈত্রি-ঙৈদা "ঈপুঙলোইনবা অসকপা" মথন্তমক লৈরম্মী হাইরিবা মহাক্তগী সাইওন লাংওন্তনা পুম্নমক ওইখ্রিবা, পোকখ্রিবা, পুম্নমকপু পোকপা ঈবুংঙো মহাকপু "অপোকপা" কৌই ॥ ইপু-রোই সিদবা, আতিংআ ( অতিয়া ) সিদবা, অতিংকোক সিদবা …… অসিনচিংবসি ঈবুংঙো মহাক্কী সাইওন্নি ॥ ঈবুংঙো মহাক্কী সাইওন-লাংওন্দগী সালাইলেল সিদবনচিংবা ওইখ্রে। পুম্নমকপুসু অপোকপনি হাইখ্রে ॥ মীতৈনা অপোকপা খুরুম্বা অসি মথন অহুম থোক্লা চৎনৈ ॥ য়েক-সালাইবু পোকপা, য়ুম্নাক-সাগৈবু মপান-মউলিংবীরকপা, পুরেল (ঈবুধৌ পাখংবা) বু খুরুম্বা অমা, সাগৈ সাখাইবু সল্লিবা, "য়েক-সালাই" বু পোক্লিবা ঈপুথৌ পাখঙববু পোকলিবা লাইনিংথৌ সালাইলেল (সোরারেল) সিদববু খুরুম্বা অমসুং পুমনমকপু সেম্বীরকপা, পোকপীরকপা অপোকপা ( সিদবা মপু ) বু খুরুম্বা অমা; অহুমসিনি ॥ অহুম 'লিমক …… অদুম্ব অপোকপা খুরুম্বা কৌই ॥ অপোকপা খুরুম্বনা ইপা-ইপু মসক খঙই ॥ অদুতসু নত্তনা ভুরৈ ঈরৈ চেনবনচিংবা

লাইথুং তিনথুং কোকই ॥ পুন্সি নুংসাংই ॥ 'ঈ' সেংই ॥ অদুগীদমক অপোকপা খুরুমনৈ ॥০॥

ব্রাহ্ম অমনা ঃ—মীতৈনা অপোকপা খুরুম্বা অসি, মীতৈগী ঈনিংথৌ ঈবুংঙো (কংলৈপাক্তা পানখিবা), চারাইরোংবা হাক্তক ফাউবা পুথাংকোক, পাথাংকোক্তা চৎনরকপা পথাপ পরিং অদু ঈকাই কাঈদনা তৌনরম্মী ॥ ঈনিংথৌ ভ.সিগী মথাদা হেক পানখিবা, নিংথেম পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) মহাক্তত্তগীদি হাংগী চৎনরকপদু থুগাইবা হৌখ্রে ॥ পামহৈবগী মনাং ফাউবদি মীতৈ [ য়েক-সালাই তরেৎ ] না অপোকপা খুরুম্বসি তথোইবা লাইথৌ [ লাইগী মৌন থৌরম ] অমনি হাইবগীদমক নুমিৎ থাবান অথবা, চঙ থোবপা য়েংদুনা তৌনরম্মী ॥ 'কোহলৌ নুমিৎকুম মসোও ফল্লা, সচিককুম মঙাল নাইনা পাওগে' হাই- দুনা, মতু মমেন থোক্লা কোইলৌ নুমিৎকী মসক্লা তরং-তরেং উবা অমুক্কী থোঙেল মতমদা লাইথৌ অসি তৌনরম্মী ॥ সাগৈ সাগৈগী পীবাসিং [পীবা, পীবা-ভমথং] না লাইগী থৌরম থৌসিলি ॥ লৈবাক্কী ওইনস্ সাগৈ সাগৈগী ( য়েক-সালাইগী ) অহল তরেৎ থম্নগা পুন্না লাইনী-লুক হৌরগা লৈপাক চঙনা পাওথোকই ॥ ল্লুবলেল খুনবা ( চাবা ) মতমদা নুপা নুপী হাঈনা থাইদোক্তে; পুন্না খুনমিনৈ ॥০॥

লৈপাক্কী ওইনা সাগৈ সাগৈগী ওইনা নুপা নুপী চংনা অপোকপা খুরুম্বা কৌবা লাইথৌ অসি পাংথোকপনা নুংঙাই- য়াইফ মরাও কাঈদুনা মনিঙ তৌনা পাল্লম্মী ॥ মনিঙ তৌরম্বগী হৌনসা মীরৈবাক্তা লান্তারকপবু খুদক্তা লাকসিনবা ঙম্মী ॥ লাকসিনবদগী হেন্দোকতুনা মীরৈবাকী রেবনবা তেঙ্গোনবু ফাদুনা য়েক্রবগী লৈবাক ফাউবা লৌরম্মী ॥ অসুমনা নুপা নুপী অনিমক্কী পুকচেল খোইজেল তীনা মনিংতৌনা পাল্লমবসি, ঈপা, ঈপু. অপোকপগী, থৌজাল নি ॥ নিংথেম পামহৈবা

হাক্তকদি মীতৈগী লীচৎ মাঙহল্লকপনা, লৈপাক্কী অমমুং সাগে সাগেগী ওইনা অপোকপা খুরুমনরমবা অদু পুমখিঙ থিংখ্রে ॥ অপোকপা খুরুমবা কৌবা মীতৈগী মচৎ অদু লৈরবদি লাকুবা য়াররোই হাইবসি উরদুনা পামহৈবনা থিংখিবনি ॥ চুমনা থিংবতা নত্তনা কনাগুমবনা খৌরম অসি তৌরম্লবদি অঙাঙ ওনহল্লি ( হাত্তোকই ) ॥ অসিগুম্বা অহকপা চৈরাক অসি কিখিবনা মীতৈনা লোম্না-থুপ্না ভহিং অথেংবা, মীচীক মীরাউ-খোন তাদ্রবা মতমদা কনা থঙহন্দনা, ঈমুঙ-ঈমুঙদা অপোকপা খুরুম্লরকলে ॥ বৈরোই লৈকাই থঙখিদনবা হাইদুনা খোং-লোল চেৎনা লোন্দুনা ঈমুঙদা পাঙথোকই; চাবা-থবপা, থোং-থাকপনচিংবগী মথী-মক্‌ম ফাউবা অদুম ঈমঙদতা লোইসিন্নরে ॥ মচন-মবুং ( নিংঙোন-পীবা ) ফাউবা সেৎন থাইদোবলে; হাঈবদি নিঙোননু য়াউহনদ্রে ॥ নিংঙোন য়াউরবদি নিংঙোন অদুনা ওংলিবা সাগে অদুসু উখিগনি, তাখিগনি অসিনি ॥ মখোইসি য়াউরগা লৈপাক সারা-সনখ্রবদি 'পামহৈবগী চৈরাক' যংগনি কীখিবনা নিংঙোনমখৈ য়াউহনখিদ্রে ॥০॥

মীতৈনা ·· "অপোকপা খুরুম্বা" খৌরম অসি ঈথামক থাদোক্লদে ॥ খৌরম অসিতনা মীতৈগী অখোইবা (লাঈথৌ) নি ॥ মথং-মথং ওইনা উমংলাই হরাউবানচিংবা লৈখ্রে ॥ মীতৈনা মতমপুম্বা অপোকপা নিংই, সোল্লি, খুরুম্মী ॥ য়েক-সালাই তরেৎকী মনুঙদা লৈবা য়ুম্নাক সাগেসিংনা মাগী মাগী হৈকৎ-লৈকৎ ঙাথোং-চাকথোং তৌনৈ ॥ তোঙান তোঙানবা য়েক-সালাইগী মওংসিং অদু মখাদা উৎলে ঃ—

মঙাঙ ঃ— মচু ( লৈ ) দি অঙাঙবা, ঈসিংনা নুংসেং-ঈকোল, ঙাদি সরেং ঙাংলেনবা ( অঙাঙবা ), থাঙনা চাকথাঙ মৈদি মৈমৈ, সীংদি সয়ী; লানা চংবী ·· ··· অসিনে ॥

লুবাঙ ঃ— মচুদি অঙৌবা, ঈসিঙনা লমফেল-পাৎ ঙানা সরেং অঙৌবা ( ঙৌরৈনবা ), থাঙনা তোন্দুম্বা মৈনা থোইজু-কাম্বী সীংদি হৈক্, লানা লারোং অসীনে ॥

খুমন ঃ— মচুদি অমুবা, ঈসিঙনা পুমলেল পাৎ, ঙানা সরেং মুরৈনবা ( অমুবা ), থাঙনা তোনককপা, মৈনা মৈথাঙ তরেৎ-মৈ, সীংদি চাউখোং, লানা চংবী ··· অসীনে ॥

অঙোম ঃ— মচুদি নাপু, ঈসিঙনা কোংবা মৈরোম্বী, ঙানা সরেং নাপু [ ঙোরুনবা ] থাঙনা পুকনোই [পুকথাঙ], মৈদি মৈবা, সীংদি উপল (অপনবা), লানা লারোং ··· অসীনে ॥

মোইরাং ঃ— মচুদি অরাংবা [মু-ঙাং], ঈসিংনা লোক্তাক-পাৎ, ঙানা সরেং মরাংবা, থাঙনা মতোক পানবা, মৈনা মৈথাং অহুম-মৈ, সীংনা রুহি, লানা খাংগলা ···· অসীনে ॥

খা-ঙানবা ঃ— মচুদি মঙ্গ্রামচু [ লুম্বা ঙানবা ], ঈসিঙনা তাক্ক-খা [ লৈতাং পাৎ ], ঙানা সরেং ঙাং-ঙৌবা, থাঙনা লাই-থাঙ চীন্নাইবা, মৈনা লৈথাম্ব-কাম্বী, সীংনা হৈকেং, লানা লৈহৌ-লা ··· ··· অসীনে ॥

সালাই লৈসাঙথেম ঃ— মচুদি অতিংআ মচু [সংলৈনবা], ঈসিঙনা তাকয়েল-পাৎ, ঙানা সরেং সংবাহবা, থাঙনা খুনথোক-লাইথাঙ, মৈনা মৈথাঙ মঙা মৈ, সীংনা নোংলৈসং, লানা থমলা (থম্বা) ··· অসীনে

য়েংবীগদবা ঃ— ১। য়েক-সালাই তরেৎকী মচু-মমেন তরেৎ অদু লাইরিক অসিগী মমাংগী চেখুমদা উবীগনি ॥

২। "অপোকপা খুরুম্বদি সাগৈগী পীবাসিংতনা লাইথৌ তৌগনি" ॥ ৩। লাইরিক অসিগী লামাই ৭ ( তরেৎ ) অমসুং ৮ [নিপাল]দা উৎলিবা য়েক সালাইবু পোকপী ঈমা তরেৎকী মমিং অমদি য়েক-সালাইনা লৈনখিবা তোঙান তোঙানবা ময়মসিং অদু কাউরোইদবনি ॥ ৪। হৈদি মনম নাইবা অমনা

য়াগনি ॥ ৫। লাঈফিনচিংবা খুৱাংসেং-নমথাং, প্না-লুপ চকপী-লৈসং হাপকনি॥ তাইলেন পুংফাইনা সাগে পুম্নমক্কী নাহাই-নগনি॥ ৬। মতম মতমগী অথুম-অহাউ য়াউগনি॥ ৭। ‘লাইথৌ তৌবদা মীতোপ-মীরান্না তৌরবদি, চাকথোং-ঙাথোং তৌরবদি সাগে ময়েং তাই’॥ ৮। মীতে [চীং অমসুং তম] না ঈপা, ঈপু, অপোকপা খুরুম্বদা সা, ঙা অনিমক চঙই॥ চীংগী লমদমদনা অসোঙবা উমং মরাংকাইনা সা-ফংবনা সা-সিজিন্নে॥ তমদনা সা ফংবা ৱাবা অমদি পাৎ তুরেন্দা মরাংকাইনা ঙা-ফংবনা ঙা-সিজিন্নে ॥ অদুবু মফম অমসুং মতমগী য়েংদুনা অনিমক সিজিন্নবা য়াই॥ (সা-পাং, ঙা-পাং হাইনরিবসিংনি) ॥০॥

নিংসিংজবা :— ১। অপোকপা খুরুম্বদা সাগে সাগেগী ঈসিং লৌবদা, মাগী লৌফমদগী লৌবদা খুদোংচাদবা থোক্ক-বদি কংলাগী নুংসেং-ঈকোন্দগী নত্রগা তুরেন্দগী সোকপা য়াই॥

২। য়েক সালাই ৭ পোকপদি নোংমতদা পোকপনি॥ মতম, পুংফম খেন্নবতদি॥ থা ১২ দা তোঙান্না সোকপা নত্তে॥

৩। য়েক লৌবা, তুমন লৌবা, লাইথুং থুংবা, ঙাউরবা ফৈরবা পীবদি লাইথৌ তৌবা য়াদে। মসানা খংনা পীবা হাঈদোক্কদবনি॥ ওমথং পীবানা থৌ তৌগনি॥

---

( ৭ )

( মৌনবা য়েকনবা

য়েকলৌবা ঃ—য়েক-সালাই তীহবা ঈ-মসেল লৌনবা য়াদে ॥ লৌনরবদি পুন্সি নুংসাংদে ॥ মীরুপ লাইরুপ পুম্নমক্কসু য়েক্লে ॥ মপুন্সিদা মৌনবা ( ফত্তবা ) ওই ॥ মাগী মাগী সালাঈ পুম্নমকপু য়েকনৈ ॥ মহাক-মহাক্কী ঈগী (নাউতাগী) সুথাং তরেৎ-লক্তা সাগে মুৎলি ॥ লৈপাক্কী নিংথৌগীসু অমাঙবা ওই ॥

সাইন্নুক তীহবা ঃ— মপাদি তীন্নদবা মমাদি তিহবা নুপা নুপী লৌন-লৈনরবদি মৌনবা ওই ; সাইন্নুক তিন্নবা কৌই ॥

পেন্নোল তীননবা ঃ— মমাবু পোক্নীবী মবেনগী য়ুম্নাক [মমাগী মপাম] গী চনু লৌনফদে, পেন্নোল তীননবা কৌই ॥

য়েংগদবা ঃ— ১। য়েক-সালাই হোংবদি মমা মপা হাৎপগী লংজবা ফংই ; মন্নেং তাই ॥ ২। লৈপাক্কী নিংথৌনা য়েক-সালাইবু মীনম্নবদি মাগী সাগে তুম্না মাঙই ॥ ৩। হৌরকাঙেগী য়েক-সালাইবু খাংউথক্তা লম্নান্নুরবদি লৈপাক খঙনা অমুক হৃজিনগদবনি ; মদুনা লৈপাক সেম্মী ; লৈপাক কন্নি ॥ পুন্সি নুংসাংই ॥ য়াইফ মরাঙ-কাই ॥

# মীতৈ য়েক-সালাইগী মনুংদা লৈবা

## সাগৈ-সালাইগী "লোলকৈ" উৎপা

য়েংগদবা ঃ— ১। মীতৈগী য়েক সালাই [তরেৎ] কী মনুংদা লৈবা য়ুম্নাক-সাগৈ পুম্নমক্কী মমিং ঈবদা ঈয়েক ঈপী তরানিপালতনা মকোক হৌই, অদুনা সাগৈগী মমিং উৎপদসু ঈয়েক ১৮ গী কাংলুপ কাইদনা চংরে ॥ 'ঈয়েক ঈপী ১৮ হাইবদি ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| কোক = (ক), | সম = (স), | লাই = (ল) |
| মিত = (ম), | পা = (প), | না = (ন) |
| চীল = (চ), | তীল = (ত), | খৌ = (খ) |
| ঙৌ = (ঙ), | থৌ = (থ), | ৱাই = (ৱ) |
| য়াঙ = (য়), | হুক = (হ), | উন = (উ) |
| ঈ = (ঈ), | ফম = (ফ), | অতীংআ = (আ) |

অসিনি ॥

[ মীতৈ ঈয়েকমক্কা ঈগদববু ঈয়েক্কী উনম লোইদ্রিবনা ১দি মীয়াম্না খঙনবা হৌজিক্কী ওইনা বাঙ্গালা ময়েক্তা অসুম উৎলে ]

২। সাগৈ-সাগৈসিংগী মমিং পুন্নমক মীতৈগী অসেঙবা ঈয়েক ঈপী ১৮ [ ৱাকোকলোন হীলেল থিলেল সালাই অমাই-যোল পুকোক পুয়া ] গী মতুংইন্না চৈতপ ওইনসু ঃ—ঙৎনপ (ে া) ঈনপ (ি); আনপ (া), ঈনপ (ী), সৌনপ [ৌ], য়েৎনপ [ে], উনপ [ু], চৈনপ [ৈ], নুং [ং] অসুমনা ঈয়েক্কী মথং মনাউ কাইদনা য়েংবীগনি ॥

৩। য়ুমনাক-সাগৈ অমত্তনা [অমনা] য়েক সালাইদি অমদগী হেন্না লৈবা য়াউই ॥ মদু খঙননবা য়েক-সালাই তরেৎ [ মঙাঙ, লুৱাঙ, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা, সালাই লৈসাংথেম ] হাইদুনা তোঙান-তোঙাননা উৎলিবা অদুগী মপা-মপাদা সাগৈ অদুনা ওইরিবা য়েক সালাইবু (১) হাইনা থাদুনা উৎলে ॥ অদুদগীদি অসুম-অসুম য়েক-সালাই থাঙদোকখিবা অদুগীনা (২), (৩) ··· ·· ··· হাইনা থাদুনা উৎলে ॥ য়ুমনাক-সাগৈ অদুগী হৌরকপগী অসেঙবা য়েক সালাইদি (১) হাইনা থা-রিবা অদুনি ॥

## কোক (ক) গী কাঙলুপ

| মসিং | য়ুমনাক সাগেগী মমিঙ | মঙাঙ | লুৱাঙ | খুমন | অঙোম | মোইরাং | খা-ঙানবা | সালাই-লৈসাংথেম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ১। | কোংঙচম (কোংঙবম] | ১ | | | | | | |
| ২। | কোংপম [কোংবম] | ১ | | | ২ | | | |
| ৩। | কোংপচম | ১ | ২ | | | | | |
| ৪। | কোনসম | ১ | | ৩ | ৪ | | ৫ | ২ |
| ৫। | কোলোম | | | ১ | | | | |
| [ক] | কোনোম | | | ১ | | | | |
| ৬। | কোংকম | | | | ১ | | | |
| ৭। | কোনচেংপম [কোঙেংবম] | | | | ৪ | ২ | ১ | ৩ |
| ৮। | কোংখুব্রাম | | | | | ১ | | |
| ৯। | কোংখাম | | | | | ১ | | |
| [ক] | কোকপম | | | | ১ | | | ২ |
| ১০। | কোইলেলচম | | | | | ১ | | |
| [ক] | কোইরেঙম | | | | | ১ | | |
| ১১। | কোস্থৌচম | | | | | | ২ | ১ |
| [ক] | কোস্থৌজম | | | | | | | ১ |
| ১২। | কোস্থৌজম মৈনম | | | | | | | ১ |
| ১৩। | কোঙেংবম হাউরোবচম | | | | | | | ১ |
| ১৪। | কোইজম | | ১ | | | | | |
| ১৫। | কোস্থা হাউবম | ১ | | | | | | |
| ১৬। | কোনহৈবম | | | | | | ১ | |

| মসিং। যুম্নাক সাগে | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা·লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৭। কোথাম | | | | | ১ | | |
| [ক] কোনখাম | | | | | ১ | | |
| ১৮। কিয়াম | | | ৩ | ১ | ২ | | |
| (ক) কিয়াম ময়ুম | | | ১ | | | | |
| ১৯। কাংভবম | ১ | | | | | | |
| ২০। কাংভসংবম | ১ | | | | | | |
| ২১। কাংভসেনবম | ১ | | | | | | |
| ২২। কাংহুজম | ১ | | | | | | |
| [ক] কাংথম | | | | ১ | | | |
| ২৩। কাম্বম | ১ | | | ২ | | | |
| ২৪। কাদাম | | | ১ | | | | |
| ২৫। কারাম | | | ১ | | | | |
| ২৬। কাব্রম্বম | | | ১ | | ৩ | ২ | |
| ২৭। কারাউবম | | | ১ | | | | |
| ২৮। কানজেম | | | ১ | | | | |
| ২৯। কাসুবাম | | | | ১ | | | |
| ৩০। কাম্বাম | | | | ১ | | | ২ |
| ৩১। কমবাম | | | | ১ | | | |
| [ক] কানম | | | ১ | | | | |
| ৩২। কাপাজম | | | | | ১ | | |
| ৩৩। কবজম | | | | | ১ | | |
| ৩৪। কবোরম্বম | | | ৬ | | ১ | ২ | |
| [ক] কবোরুংবম | | | ১ | | | | |
| ৩৫। কাইরেনচম | | | | | ১ | | |
| (ক) কাইকোনবম | | | | ১ | | | |

| মসিং। য়ম্নাক সাগে | ম | লু | থু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩৬। কায়েন পাইবম | ১ | | | | | | |
| ৩৭। কসনাম | | | | ১ | | | |
| ৩৮। কংম্রোং ময়ুম | | ১ | | | | | |
| ৩৯। কাংজম | | | ১ | | | | |
| ৪০। কৌজেংবম | | | | | ১ | | |
| ৪১। কুনাবম | | | | | ১ | | |
| ৪২। কুমাম | | | | | ১ | | |
| ৪৩। কৈথেল্লাকপম | ১ | | | | ১ | | |
| (ক) কৈথারেনবম | | | | ১ | | | |
| ৪৪। কৈরেলসংবম | ১ | | | | | | ৩ |
| ৪৫। কৈসাম | ১ | | | ২ | | | |
| ৪৬। কৈথেলপাল তাবাময়ুম | ১ | | | | | | |
| ৪৭। কৈক্রেনপম | | | | ১ | | | |
| ৪৮। কৈকোম্বম | | | | ১ | | | |
| ৪৯। কৈক্রম্বম | | | | ১ | | | |
| ৫০। কৈথেল্লাপম (মাইরাং ম্লারুংবম) | ২ | | | | ১ | | |

সম=(স) গী কাণ্ডলুপ

| | ম | লু | থু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫১। সোয়াম (সোইয়াম) | ১ | | | | | | |
| ৫২। সোরাম | ১ | ৩ | ৪ | ২ | | | |
| ৫৩। সোরেলসংবম | ১ | | | | | | |
| ৫৪। সোবাম | | ১ | | | | | |
| ৫৫। সোয়াম | | | ১ | | | | |
| ৫৬। সোরাইসম (সোরাইচম) | | | | | ২ | ৩ | ১ |

| মসিং। য়ুম্নাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৫৭। সোইবম | | | | | ১ | | |
| [ক] সোইবম পুখ্রম্ম | | | | | ১ | | |
| ৫৮। সোমবেম | | | | | | | ১ |
| ৫৯। সিনাম (অতোন সিনাম) | ১ | | ২ | | | | |
| [ক] সিঙাম | | | ১ | | | | |
| ৬০। সিংখাম | ১ | | | | | | |
| ৬১। সিঙ্গাম | ১ | | | | | | |
| ৬২। সিংখ্রাম | ১ | | | | | | |
| ৬৩। সিয়াংপম | | | | ১ | | | |
| ৬৪। সিংখ্রাম | ১ | | | | | | |
| [ক] সীঙখরাম | ১ | | | | | | |
| ৬৫। সাইথোম | ১ | | | | | | |
| ৬৬। সাইরেম | ১ | | | ২ | | | |
| ৬৭। সাতোকপম ( সাখোকপম ) | ১ | | | | | | |
| ৬৮। সানৌজম (সানৌসম) | ১ | | | | | | |
| ৬৯। সারুংবম | ১ | | | | ২ | | |
| ৭০। সান্নাম | | ১ | | | | | |
| ৭১। সকংপম | | | ১ | | | | |
| ৭২। সন্থাম (সনদাম) | | | ১ | | | | |
| ৭৩। সমোম (সনমোম) | | | ১ | | | | ২ |
| ৭৪। সনসেনবম | | | ১ | | | ২ | |
| (ক) সনকোনবম | | | ১ | | | | |
| ৭৫। সাংখোম | | | ১ | | | | |

| মসিং । য়ুমনাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৭৬। সাপম | ১ | | ২ | | | | |
| ৭৭। সঙোম্বম (সাঙম্বম) | | | | ১ | | | |
| ৭৮। সাইরোম (সারোম) | | | | ১ | | | |
| ৭৯। সাঙম | | | | ১ | | | |
| ৮০। সারোম কৈকাপম (সারোম কৈক্রম্বম) | | | | ১ | | | |
| ৮১। সনখোম | | | ২ | | ১ | | |
| ৮২। সঙ্গিবম | | | | | | ১ | |
| ৮৩। সমনোইপম | | | | | | | ১ |
| ৮৪। সরাংথেম (সং নাউরোইবম) | | | | ২ | | | ১ |
| ৮৫। সরোখাইবম (সারোৎখাঙ্গবম) | | | | ২ | | | ১ |
| ৮৬। সনসিনবম | ১ | | | | | | |
| ৮৭। সানাব্রাইবম | ১ | | | | | | |
| ৮৮। সালাম (হাউরোংবম) | | ১ | | | | | |
| ৮৯। সগলম | | | ১ | | | | |
| ৯০। সমবন্দুরাম | | ২ | | ১ | | | |
| ৯১। সাংদোনজম | | | | ১ | ২ | | |
| ৯২। সনজিরাম | | | | | | ১ | |
| ৯৩। সমজেৎসাবম | | | | | | ১ | |
| ৯৪। সমুকচম | | | ১ | | | | |
| ৯৫। সাকাল্গম | | ১ | ২ | | | | |
| ৯৬। সত্তোকপম | ১ | | | | | | |
| ৯৭। সানা সাবম | ১ | | | | | | |

| মসিং। য়ুম্নাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সাংলৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৯৮। সন্ধানদ্রাম | | ১ | | | ২ | | |
| ৯৯। সগোলসেম | ১ | | | | | | |
| ১০০। সগোলহঞ্জবম | ১ | | | | | | |
| ১০১। সডাইসেম | ১ | | | | | | |
| ১০২। সনবান | ১ | | | | | | |
| (ক) সনখাম | | | ১ | | | | |
| ১০৩। সনসম | ১ | | | | | | |
| ১০৪। সোংখাঙবম | ১ | ২ | | | ৩ | | |
| (ক) সীংখারম | | ১ | | | | | |
| ১০৫। সৌগ্রাকপম | ১ | | | | | | |
| (ক) সৌগাই পল্লুজম | | | ১ | | | | |
| ১০৬। সৌবাম (সৌব্রাম | | ১ | | | | | |
| ১০৭। সৌকাইজম (সৌগাইজম) | | | ১ | | | | |
| (ক) সৌখব্রাম | | ১ | | | | | |
| ১০৮। সেঞ্জম (সেঞ্জম লাইবকতাবম) | ৩ | ২ | ১ | | | | |
| (ক) সেনহৈবম | | | | ১ | | | |
| ১০৯। সেনসম | | | ১ | | | | |
| (ক) সেনাম | | | ১ | | | | |
| ১১০। সেরাম | ১ | | | ২ | | | |
| ১১১। সেনদাং ময়ুম | | | | ১ | | | |
| ১১২। সেম্মাংজম | | ১ | | | | | |
| ১১৩। সেনতম | | | ১ | | | | |
| (ক) সেন্নদাম | | | ১ | | | | |

| মসিং। মুমনাক সাগে | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১১৪। সুখাম | ১ | | | | | | ১ |
| ১১৫। সুরাইসেম | | | | | | | |
| ১১৬। সংলেম | ১ | | | | | | |
| ১১৭। সংদোঞ্জম | | | | ১ | | | |
| ১১৮। সংগাইসেনবম | ১ | | | | | | |
| ১১৯। সংখুবম | | | | | | | ১ |
| ১২০। সংলেন ময়ুম | ১ | | | | | | |
| ১২১। সংঙম্বম | | | | ২ | | ১ | |
| লাই= (ল) গী (কাওলুপ) | | | | | | | |
| ১২২। লোইতোংবম | ১ | | | | | | |
| ১২৩। লোইতাম | ১ | | | ৩ | | | ২ |
| ১২৪। লোংজম | | | | ১ | | | |
| ১২৫। লোংমাইথেম | | | | ১ | | | |
| ১২৬। লোকতোংবম [ লোকতোনবম ] | | | | ২ | | | ১ |
| ১২৭। লোইজায়াংবম | | | ১ | | | | |
| ১২৮। লোংখুমুকচম | | | ১ | | | | |
| ১২৯। লোইরেঞ্জম | | | | | ১ | | |
| ১৩০। লোংজম [য়াংথেম] | | | | | | ১ | |
| ১৩১। লিমাবম (লীকমাবম) | | | ১ | | | | |
| (ক) লিম্নাম | | | ১ | | ১ | | |
| ১৩২। লিসম | | | | | | | |
| ১৩৩। লাইকংবম | ১ | ২ | | | | | |
| ১৩৪। লানথম | ১ | | ২ | | | | |

| মসিং। মুমাক সাগৈ | ম | লু | থু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৩৫। লাংতেম [লাংদেম] | ১ | | ২ | | | | |
| ১৩৬। লাংপোকলাকপম | ১ | | | | | | |
| [লাংঃ …… চীংকাবম] | | | | | | | |
| (ক) লাইরোংজম | | ১ | | | | | |
| (স) লাংপোকথাবম | ১ | | | | ১ | | |
| ১৩৭। লাইরেঞ্জম | | ১ | | | | | |
| ১৩৮। লাইসোম | | ১ | | | | | |
| (ক) লাইতাম | ১ | | | | | | |
| ১৩৯। লামবম | | | ১ | | | | |
| ১৪০। লাইথুব্রাম | | | ১ | | | | |
| ১৪১। লাইস্রম [লাঃ লাই-থুরাম] | | | ১ | | | | |
| ১৪২। লাইস্রম নিংথৌকাবম | | | ১ | | | | |
| ১৪৩। লাখোম | | | ১ | | | | |
| ১৪৪। লাংগম [লাংকম] | | | ১ | | | | |
| ১৪৫। লাংহৈবম | | | ১ | | | | |
| ১৪৬। লাইতোঞ্জম | ১ | | | ২ | | | |
| ১৪৭। লাইরেল্লাকপম | | | | ১ | | | |
| ১৪৮। লমপুঞ্জম | | | | | ১ | | |
| ১৪৯। লাইচুজম [লাইজুচম] | | | | | ১ | | |
| ১৫০। লাইফ্রাকপম | | | | | ১ | | |
| ১৫১। লাইরেন্স মযুম | | | | | ১ | | |
| ১৫২। লাঙ্গোনঞ্জম | | | | | | ১ | ২ |
| ১৫৩। লাইসংবম | ১ | | | ২ | | | |
| ১৫৪। লাকপম সাবম | | ১ | | | | | |

| মশিং । য়ুমাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৫৫ । লাংলেলহনবম | | | ১ | | | | |
| (ক) লাংলেনবম | | ১ | | | | | |
| ১৫৬ । লাইশ্রাম | | | ১ | | | | |
| ১৫৭ । লমাবম | | | ১ | | | | |
| (ক) লাইচনবম | ১ | | | | | | |
| ১৫৮ । লাংখুজম | | | | | ১ | | |
| ১৫৯ । লম্বজম | | | | | ১ | | |
| (ক) লমস্তুজম | | | | | ১ | | |
| ১৬০ । লাইথংবম | | | | | ১ | | |
| ১৬১ । লাইখুজম | | | | | ১ | | |
| ১৬২ । লাইমুজম | | | | | ১ | | |
| ১৬৩ । লমলৈরাকপম | ১ | | | | | | |
| ১৬৪ । লাইপুজাম | | | ১ | | | | |
| (ক) লাইমোম | | | | | ১ | | |
| ১৬৫ । লানকম | | | ১ | | | | |
| ১৬৬ । লাংথম | | | ১ | | | | |
| [ক] লাংথম | | | ১ | | | | |
| (খ) লামখোঙম | | | ১ | | | | |
| ১৬৭ । লাইখুরুম | | | ১ | | | | |
| ১৬৮ । লীটসুংবম | ১ | | | | | | |
| [ক] লিক্লাংলম্বম | | | ১ | | | | |
| ১৬৯ । লৌক্রাকপম | ১ | | | | | | |
| ১৭০ । লৌরেম্বম | ১ | | | | | | |
| ১৭১ । লৌরাংবম | ১ | | | | | | |
| ১৭২ । লৌপম (লৌপাম) | | ১ | | | | | |
| ১৭৩ । লৌসিগাম | | | | | | | ১ |

| মসিং। য়ুম্নাক সা:গ | ম | লু | খু | অ | মো | বা | আংটৌ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৭৪। লৌরিয়ানবম | ১ | | | | | | |
| ১৭৫। লৌরিয়াম্বম | | | | ১ | | | |
| (ক) লৌসেম্বম | ১ | | | | | | |
| ১৭৬। লৌখাম | | ১ | | | | | |
| ১৭৭। লৌখাম্বম | | ১ | | | | | |
| ১৭৮। লৌরুংবম | ১ | | | | | | |
| ১৭৯। লৈষ্কাম | ১ | | | | | | |
| ১৮০। লুক্রাম (লুঃ নোই-নফাবম) | ১ | | | | | | |
| ১৮১। লুম্বাংসংবম | | ১ | | | | | |
| (ক) লুংসংবম (লুসংবম) | | ১ | | | | | |
| ১৮২। লুমকমবম | | | | | | | ১ |
| ১৮৩। লুদোনজম | | | | | ১ | | |
| ১৮৪। লৈসোংবম | ১ | | | | | | |
| (ক) লৈসেংবম | ১ | | | | | | |
| ১৮৫। লৈচোনবম | ১ | | | | | | |
| ১৮৬। লৈমাপোকপম | ১ | | | | | | |
| ১৮৭। লৈমাসংবম | ১ | | | | | | |
| ১৮৮। লৈম্রাম | ১ | | | | | | |
| ১৮৯। লৈতাম্লেম | | | | ১ | | | |
| ১৯০। লৈমচম | | | | | ১ | | |
| (ক) লৈমজম | | | | | ১ | | |
| ১৯১। লৈতাম | | | | | | | ১ |
| ১৯২। ক্লৈসাংথেম | | | | | ২ | | ১ |
| ১৯৩। লৈম্নুসুংবম | ১ | | | | | | |

| মসিং। য়ুমনাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (ক) লৈহ্নজম | | | | | ১ | | |
| ১৯৪। লৈমারোকপম | ১ | | | | | | |
| (ক) লৈমায়োকপম | ১ | | | | | | |
| ১৯৫। লৈরোংজম | | ১ | | | | | |
| ১৯৬। লৈমাখুজম | | | | | ১ | | |
| ১৯৭। লংমাইথেম | | | | ১ | | | |
| (ক) লংমাইথেম তেলোংবা সংবম | | | | | | ১ | |
| (খ) লাইরিকয়েংবম | | | | ১ | | | |
| **মীত= (ম) পী (কাঙলুপ)** | | | | | | | |
| ১৯৮। মোইরাংথেম | | | | | ১ | | |
| ১৯৯। মোইচেম | ১ | | ২ | | | | |
| ২০০। মোইরাংনিংথৌময়ুম | ১ | | | | ২ | | |
| ২০১। মোইজম | ২ | | ১ | | | | |
| ২০২। মোইরেংজম | | | ১ | | | | |
| (ক) মোইরেংবম | | | ১ | | | | |
| ২০৩। মোংজম | | | ১ | | | | |
| ২০৪। মোংফিজম (মোংখিজম) | | | ১ | | | | |
| ২০৫। মোইরাং লাইসংবম | | | | ১ | | | |
| ২০৬। মোংসাতাবম | | | | ১ | | | |
| (ক) মংসাতাবম | | | | ১ | | | |
| ২০৭। মোইরাং কৈথেল্লাকপম | | | | | ১ | | |

| মসিং। য়ুমাক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সা-গৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২০৮। মোইরাং নারেংবম | | | | | ১ | | |
| ২০৯। মোইরাং নোংথোনবম | | | | | ১ | | |
| ২১০। মোইরাং য়ুমখাইবম | | | | | ১ | | |
| ২১১। মোইরাং ময়ুম | | | | | ১ | | |
| ২১২। মোইবুং লোকপম | ১ | ২ | | | | | |
| ২১৩। মোংবীজম | | | ১ | | | | |
| ২১৪। মোনফাং ময়ুম | | | | ১ | | | |
| ২১৫। মোইরাং চোংথাম | | | | | ১ | | |
| ২১৬। মোইরাংথেম ভাংবরুংবম | | | | | ১ | | |
| ২১৭। মোইরাংথেম নুংলেম্বা | | | | | ১ | | |
| ১১৮। মোইরাংথেম ভাঙোম | | | | | ১ | | |
| ২১৯। মোইরাং কৈথেল্লাকপম স্নারুংবম | | | | | ১ | | |
| ২২০। মোইরাংথেম ওক্রম | | | | | ১ | | |
| ২২১। মোইরাং ব্রাংখেন | | | | | ১ | | |
| ২২২। মোইরাং খল্লাইরাকপম | | | | | ১ | | |
| ২২৩। মোইরাং লাইরেন ময়ুম | | | | | ১ | | |
| ২২৪। মোনকুব্রাম | | | | | ১ | | |
| ২২৫। মোইখোংবাম | | | | | ১ | | |

| মসিং। য়ুম্নাক সাগৈ | ম | লু | থু | অ | মো | খা | সা-লৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (ক) মোইথরাম, মোইফাম | | | | | ১ | | |
| ২২৬। মোরিময়ুম | | | | | | ১ | |
| ২২৭। মাইস্নাম | | ১ | | | | | |
| ২২৮। ময়াংলম্বম | ১ | | ৩ | ৪ | | | ২ |
| ২২৯। ময়েংবম (মৈয়েংবম) | | ১ | | | | | |
| ২৩০। ময়াংলমফম ( ময়াংলম্বম ) | | | ১ | | | | |
| ২৩১। মাইফম ( মাইবম ) | | | ১ | | | | |
| ২৩২। মাইবম হিদাকসুংবম | | | ১ | | | | |
| ২৩৩। মাইবা খোংচাময়ুম | | | ১ | | | | |
| ২৩৪। মাইব্রম | | | ১ | | | | |
| ২৩৫। মাইমোম/ [মাইমম] | | | ১ | | | | |
| ২৩৬। মনদিংবম ( মন্দিংবম ) | | | | ১ | | | |
| ২৩৭। মাইবাথিয়াম | | | | | | | ১ |
| ২৩৮। মাইক্রুবাম | | | ১ | | | | |
| ২৩৯। মাইরম্বম ( মাইরেম্বম ) | | | | | | | ১ |
| ২৪০। মাইকুবাম | | | ১ | | ২ | | |
| ২৪১। মাইরেনবম | ২ | | | | ১ | | |
| ২৪২। মানতংবম | | | | | | ১ | |
| ২৪৩। মাইফাম | | | ১ | | | | |
| ২৪৪। মেগ্রম | | | ১ | | | | |
| ২৪৫। মেলেম (মেনলেম) | | | | | ১ | | |
| [ক] মেনদোম | | ১ | | | | | |

| মসিং । মুয়াক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সাংলৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৪৬। মুতুম | ১ | | | | | | |
| ২৪৭। মুখোম | | | | ১ | | | |
| ২৪৮। মুৎখোম | | | | ১ | | | |
| ২৪৯। মুংয়াংজম | | | | | ১ | | |
| (ক) মুংয়াংবম | | | | | ১ | | |
| ২৫০। মুংখোম | | | | ১ | | | |
| ২৫১। মৈত্রম | | ১ | | | | | |
| ২৫২। মৈনম | | | ১ | | | | |
| ২৫৩। মৈস্নবম | | | ১ | | | | |
| ২৫৪। মৈফরাম | | | ১ | | | | |
| ২৫৫। মৈহৌবম | | | | | | ১ | |
| ২৫৬। মৈতান কৈসাংবম | | | ১ | | | | ১ |
| ২৫৭। মংখোম | | | | | ১ | | |
| (ক) মংখোঞম | | | | ১ | | | |
| ২৫৮। মংসিদম | | | | ১ | | | |

## পা= (প) পী (কাঙলুপ)

| মসিং । মুয়াক সাগৈ | ম | লু | খু | অ | মো | খা | সাংলৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৫৯। পোৎসংবম | | | | ১ | | ২ | ৩ |
| ২৬০। পোলেম্বম | | | ১ | | | | |
| ২৬১। পোসুবম | | | | ১ | | | |
| ২৬২। পোলেম | | | | | ১ | | |
| ২৬৩। পোংসুবম | | | | ১ | | | |
| (ক) পোংসম্বম | | | | ১ | | | |
| ২৬৪। পাউমম | ১ | | | | | | |
| ২৬৫। পাউপম | ১ | | | | | | |

৪২২। খাংয়াকপম — খাংমু নাহা হাইবা তা-বু লাৎলি হাঙীবগী
(খাংসুরাকপম)

৪২৩। খরিবাম— মপু অদু খরি কৌবা থুমবু সাই হাঙীবগী।

৪২৪। খরাইজম—নিংথৌগী থোঙ খিংনবা খরাই সাই হাঙীবগী

৪২৫। খাগোকপম— মপুদু মশম হৌদে খাগোক মাপ্লে হাঙীবগী

৪২৬। খাথংবম— লম য়েন্নবদা মখাথংবা সরুক লৌই হাঙীবগী

৪২৭। খা-খুরাইরাকপম—মখা মাইকৈগী খুরাইরাকপা ওইবগী

৪২৮। খুন্নাকপম— খুন্নাকপা ওইখি হাঙীবগী।

৪২৯। খুনতোন (খুনদোম)— খুন্থোংয়াই লাৎলে হাঙীবগী।

৪৩০। খুঙ্গাহুনবম— মপুনা খুঙ্গা হনবম ওই হাঙীবগী।

৪৩১। খুমনলম্বম—মরেম খুমনচনু কৈরুংহাংবীগী লমজা-লমবু
ওই হাঙীবগী।

৪৩২। খুরাইরাকপম— মপুনা খুরাইলাকপা ওই হাঙীবগী।

৪৩৩। খুরিয়েনবম-খুৎনা ভাদুনা থৌরি-খুদী সাদুনা য়েল্লি হাঙীবগী

৪৩৪। খুমুকচম—খুনা মাবু নিংঙাই চাউই হাঙীনা মুক্রে হাঙীবগী

৪৩৫। খুঙ্গামযুম— খুনা চানবীরে হাঙীবগী।

৪৩৬ খুদৈবম— খুদৈ কৌ-ফি সাবা হৈ হাইবগী।

(ক) খুন্থাইনবম— মপু খুন্থাবাগী মতুং ইল্লি হাইবগী।

৪৩৭। খুলেম— খুন অরেম্বদা তাই হাইবগী।

৪৩৮। খুনুমথেম— খুরুম্বা থেম্বা হৈয়ে হাইবগী।

৪৩৯। খুদোংবম/খুন্দোংবম-মপু অদুনা খুনগী মতোন্দা লৈ হাইবগী

(ক) খুনতোংবম— খুন অদুগী লমখৈ অতোঙবদা তাই হাংবগী

৪৪০। খুমুজম—মপু খুমুজাম্বগী মমিং লৌদুনা

৪৪১। খুরাইজম— খুরাইদা ভাই হাইবদগী।

৪৪২। খুরাইচা তেংথনপম—খুরাই তেংথনপাগী মমিং লৌদুনা

৪৪৩। খুমন চৈরাকপম— খুমন্দা চাইরকই (কল্লকই) হাইবগী।

৪৪৪। খুজাম—মপু অদু হৈরেম খুজামদগী লাকই হাইদনা।

৪৪৫। খুয়োনথেম—খুয়োল ব্রা সঙংভে হাইবগী।

৪৪৬। খুম্বাংময়ুম—মপু অদু খুনগী অপোঙবদা তাখিবগী চাতানি হাঙৈবগী।

৪৪৭। খুনভোংবম (খুন্দোংবম)—মপুনা খুনগী মতোন্দা তাখি হাঙৈবগী।

৪৪৮। খুমুজম— মৌবু খুমু কৌই. মদুবু সাই হাঙৈবগী।

৪৪৯। খুমরম্— খুমনগী মরম্দা লৈরুই হাঙৈবগী।

৪৫০। খুমন্থেম— খুমন্দা য়ুম্মাক থেংনা তাই হাঙৈবগী।

৪৫১। খুমন কৈরাকপম— মপু অদু খুমনগী কৈরাকপা ওই হাঙৈবগী

৪৫২। খুথৈবম—মখুৎ-মসা হৈ হাঙৈবগী।

(ক) খেত্রিমযুম— মপু খেত্রিগী মমিং লৌদুনা।

ঙো (ঙ) গী কাঙলুপ—

৪৫৩। ঙারিয়ানবম—নিংথৌগী ঙারি-ঙাতাই য়ান্দুনা থম্মী হাইবগী

৪৫৪। ঙাংভোম (ঙাভোম)— অমৌ ঙাংভোম্বগা মমিং লৌদুনা।

৪৫৫। ঙাংঙোম য়ুমদাংবম— ঙাংঙোম্বমদা য়ুমদাংদুনা লৈরে হাঙৈবগী।

৪৫৬। ঙাথেম— ঙা থিবা হৈ হাঙৈবগী।

৪৫৭। ঙাংবম—খুনফম ঙাংচেংদা তাই, ঙাংদুনা লৈ হাঙৈবগী।

(ক) ঙাকপম— থৌদোক খুদিংদা পনঙাকয়ে হাঙৈবগী।

৪৫৮। ঙাসেম্বম— ঙা সেমবা হৈ হাঙৈবগী।

(ক) ঙাংনম—ব্রা ঙাং-ঙাংদুনা লাউনরমবা পুম্বা নমখি হাঙৈবগী

(খ) ঙাসেৎপম— নিংথৌগী ঙা শেৎতুনা চাই হাঙৈবদগী।

৪৫৯। ঙানুকাম্নম— ঙানু কামে হাঙৈবগী।

৪৬০। ঙারেনবম— ঙারেনখোই ফাদুনা য়ান্দুনা সাম্লে হাঙৈবগী।

(ক) ঙাখাখোই ময়ুম— ঙাখাখোই সাইএ হাঙৈবগী।

৪৬১। ঙারেংবম (ঙালেংবম) —ঙা ফাদুনা লেং লেংদুনা পুরকই হাঈবগী

(ক) ঙারেলয়ানবম—ঙারেলথোইবু পুম্না ফারগা য়াম্দুনা থম্মী হাঈবগী।

৪৬২। ঙাংথম—ঙাংখালোইরাই তাই হাঈবদগী।

(ক) ঙাইরাংবম—ঙাইরাংবম থুন্দা তারুই হাঈবদগী।

৪৬৩। ঙাথেম—ঙাথিবা থেম্না হৈ হাঈবদগী।

(ক) ঙাসম—ঙা ফাবা সম্নবা হে হাঈবদগী।

৪৬৪। ঙাংখরুংবম—চেক্ ঙাংখা থরুং সাই হাঈবদগী।

৪৬৫। ঙাংসেনবম—ঙাংগন সক্তনসে হাঈবগী।

(ক) ঙাংলেংবম—য়া ঙাংবদা লেংসিন-সমজিন্দুনা ঙাংভি হাঈবগী।

৪৬৬। ঙাংলোম—য়া ঙাংবদা মরৈ লোম্মী হাঈবগী।

৪৬৭। ঙাংনেম্নম—অঙাং অসি মরেপ নেম্মী হাঈবগী।

(ক) ঙাংনোম—অঙাং অদু নোমদুনা লৈ হাঈবদগী।

৪৬৮। ঙৌবম (ঙৌপাম)—ফি অঙৌবা পাম্মী হাঈবগী।

## থৌ (থ) গী কাওস্লুপ

৪৬৯। থোঙাম—থোঙাই য়ুমথংবগী মমিং লৌদুনা।

৪৭০। থোঙ্‌গ্রাতাবম—থোঙ্‌গ্রাদগী তাই (থোঙাম থুন্দা তাই) হাঈবগী।

৪৭১। থোংকাবম (থোঙাবম)—থোং কাই হাঈবগী।

৪৭২। থোকচোম—নিংথৌনা সিরগা থোকখি, থোপস্নু চৌ-থোকখি হাঈবর্গী।

৪৭৩। থোংঙজম (থোংজম) —থোং চনবা হৈ হাঈবগী।

৪৭৪। থোংগাবম—থোং কাই হাঈবগী।

৪৭৫। থোইদিংজম—নিংথৌনা সিরগা মক্না ঈথোই-থোই হাঙ্গৈবগী।

৪৭৬। থোংগ্রাম—উক্তোং-ক্বাক্তোংদা কাদুনা লাৎলি হাঙ্গৈবগী।

৪৭৭। থোংবম—মথোং থিংংে হাঙ্গৈবগী (থোং চনবা হৈ হাঙ্গৈবগী

৪৭৮। থোংগনাম—থোং থাদুনা উথক-ক্বাথক্তা লৈ হাঙ্গৈবগী

৪৭৯। থোংচম—থোং চনবা হৈ হাঙ্গৈবগী।

৪৮০। থিংনাম—থিংউন থিংউ হাঙ্গৈবগী।

৪৮১। থিংবাম—থিংউন থিংবা হৈ, পাম্মী হাঙ্গৈবগী।

৪৮২। থিঙ্গোম—ঈথিং-পনথিংদা কোম্না থিংউ হাঙ্গৈবগী।

৪৮৩। থৌনবম—থৌমন,-থৌনমল্লি হাঙ্গৈবগী।

৪৮৪। থিংয়াম—য়াম্না পাকপা ঈশিং ইপাকপু থিংউ হাঙ্গৈবগী

৪৮৫। থাঙ্গংসাবম—থাঙ্গং মরি সাই হাঙ্গৈবগী।

৪৮৬। থম্মংচম—সিরে হাইদুনা মংদা থম্মী হাঙ্গৈবগী।

৪৮৭। থমাংচম—অসিববু মমাংদা থম্মে হায়বগী।

৪৮৮। থাউৈতজম—থাউ-তে হাঙ্গৈবদগী থাউৈতজন কৌএ।

৪৮৯। থাংজম—থাং সাবা (হৈ), সাং হাঙ্গৈবগী।

৪৯০। থাংজম সোয়াম—মপু সদান-না থাং সাই হাঙ্গৈবগী।

৪৯১। থাংজম থংমুকচম—থাং সাবসু হৈ, মীগসু মুক্তে হাঙ্গৈবগী

৪৯২। থাউদেম—থাউদে-য়ুমথংবগী মমিং লৌদুনা।

৪৯৩। থাঙ্গংসাপম—থাঙ্গং মরি সাই হাঙ্গৈবগী।

৪৯৪। থাংজম য়াংসোম—থাংসু সাই, মখুৎসু য়াংই হাঙ্গৈবগী।

৪৯৫। থাংজম য়ুসম—থাং সানা-সানা য়ুসু লুংউ হাঙ্গৈবদগী

৪৯৬। থাংজম সংখোম—সঙ্গোম সুম্না য়াম্না হৈ, থাংসু সাই হাঙ্গৈবগী

৪৯৭। থাংজম য়ুমপুম্নম—মপু অদু থাংসু সাই, য়ুসু লুংবা পাম্মে হাঙ্গৈবগী।
(থাংয়ুপাম্নম)

৪৯৮। থম্মংবম—সিরে হাইদুনা মংদা থম্মুবগী মীদুবু।

৪৯৯। থাঙ্গংসাবা হংলেম—থাঙ্গং মরি সাই হাঙ্গৈবগী।

৫০০। থাংজম সমুকচম—থাং সাবা হৈ, সামুকসু সাই হাঙৈবগী
৫০১। থাংজম য়াউসেম—মপু য়াউসেম্বনা থাংসু সাই হাঙৈবগী
৫০২। থাউরোইজম (থৌরিজম) | —থৌদোক খুদিংদা লোঙৈনৈ, চেন্নে হাঙৈবগী
৫০৩। থাঙাজম—মপুদু থাঙারাকপা ওই হাঙৈবদগী।
৫০৪। থীয়াম—মপুদু থিক্লিবা কৌয়ে ঙাংনবা থী হাঙৈবদগী।
৫০৫। থীংবাইজম—থীংবাইসেন হোংবগী মমিং লৌদুনা।
(ক) থৌকাউজম—নিংথৌগী মথৌ কাউই হাঙৈবগী।
৫০৬। থৌদাম—থৌদাবা কল্লি হাঙৈবগী।
৫০৭। থৌনাউজম—নিংথৌগী মথৌ কাউই হাঙৈবগী।
(ক) থৌদাইজম—থৌদোক খুদিংদা তোইনা য়াউই হাঙৈবগী
৫০৮। থৌদেম—থৌতে-য়ুমথংবগী মমিং লৌদুনা।
(ক) থৌথাম্বম—থৌদোক খুদিংদা থৌ থামবগী।
৫০৯। থেঙুজম—থেঙু সুদুনা নিংথৌগী তৌ য়েথাই হাঙৈবগী।
( থিঙুজম )
৫১০। থুমগাবম—নিংথৌগী থুম কংহল্লে হাঙৈবগী।

## য়াই ( য় ) গী কাণ্ড্রুপ

৫১১। য়াইখোম—নিংথৌনা য়াই খোয়ম্লে হাঙৈবগী।
৫১২। য়ারেম্বম—য়া লাংলে হাঙৈবদগী; য়া লেম্বা হৈ হাঙৈবগী
৫১৩। য়াইরাকপম—য়ুম কুপ্পবা ঈ-ফানববু, য়াঈ-ফানা লাকই হাঙৈবগী।
৫১৪। য়াইরোম—মপু য়াইরোম্বাগী মমিং লৌদুনা।
৫১৫। য়াংখেময়ুম—মুংয়াম্বনা মতোন চীংঙায়াংববু মাগী য়ুমাক্তি অয়াঙবদা খেবা ওইয়ু হাঙৈবদগী।
৫১৬। য়াংখেফমদোংবম—অয়াং মাইকৈদগী ফমচাউবা পাঙৈ হাঙৈবগী।

৫১৭। য়াংখৈ ফম্নাম্নম—য়াংখৈ ফম্নাম্নাগী মমিং লৌদুনা।

৫১৮। বাংখৈন্নাকপম—মপুনা বাংখৈন্নাকপা ওই হাঙৈবগী।

(ক) য়াংখৈবম—অয়াং খৈনা তাই হাঙৈবগী।

৫১৯। য়াহেংবম—য়া ঙাংবা হেনতোকই (হেকতোকই) হাঙৈবগী

৫২০। য়াকোম্থেম—কোক (থোপ) পু সিজিন্নবা হৈ হাঙৈবগী।

৫২১। য়াকোংথেম—অসিববু মংদা থমলুবগী য়াকোংই হাঙৈবগী

৫২২। য়াংলেপ্নম—য়াংলেন পুংবু য়্যেরে হাঙৈবগী।

৫২৩। য়ায়েল্লমবম—খৎন-চৈনবদা য়ায়েনবগী লমবী পুথোকপা হৈ হাঙৈবগী।

৫২৪। য়াকোম—য়াংকমদা (পুরম) চাক হাপত্না চাই হাঙৈবগী

৫২৫। য়াংথেম—অয়াং খৈনা তাই হাঙৈবগী।

(ক) য়াংথেম—মপু য়াংথেমগী মমিং লৌদুনা।

৫২৬। য়াংনেম্নম—তায়াংগী অনেম্না লমদা তাই হাঙৈবগী।

৫২৭। য়াকমবম—য়া ঙাঙবা হৈ সিংই হাঙৈবগী।

৫২৮। য়াকন্নপম—য়া ঙাঙবদা হৈনা কন্না ঙাঙই হাঙৈবগী।

৫২৯। য়ারেমবম—য়া লাৎলে, অরেম্না য়া হাঙৈবা হৈ হাঙৈবগী।

(ক) য়ারেম্নম—য়া অরেম্না হাঙৈবা হৈ হাঙৈবগী।

৫৩০। য়াংপিজম—য়াম্না (য়াংনা) পীজা-পীথকই হাঙৈবগী।

৫৩১। য়াংকোনচম—নিংথৌগী য়াংকোনসঙ মনাক্তা পোকই হাঙৈবগী।

৫৩২। য়াংকোনসংবম—নিংথৌগী চাবোকসঙবু সঙই হাঙৈবগী।

(ক) য়াংকোইবম—নিংথি নুংঙাইনা চায়োক নাউকোম্নি হাঙৈবগী।

৫৩৩। য়াইরোকপম নিংথৌগী বাইরু লোকসিনহল্লে হাঙৈবগী।

(ক) বাইলোৎপম—মীগী মপোৎ বাঙৈরগা লোৎলে হাঙৈবগী।

৫৩৪। বাংখৈ লৌরুংবম—মপু বাংখৈনা লৌরুংবা ফম পাই হাঙৈবগী।

৫৩৫। ল্লাংলেন্নবম—ল্লাংলেন পুংবু য়েবা হৈ হাঙ্গৈবগী।

৫৩৬। ল্লায়েন্নবম—ল্লায়েন তৌবা ক্ষৈ হাঙ্গৈবগী।

৫৩৭। ল্লাংগোম (ল্লাঙ্গম)—ল্লাংকম (পুখম) দা হাপতুনা চাক হাঙ্গৈবগী।

৫৩৮। ল্লাংবীজম (ল্লাংবাজম) —ল্লাংই চাউই হাঙ্গৈবগী।

৫৩৯। ল্লাংখারাকপম—ল্লাংখেরাকপগী পু অমবুনি হাঙ্গৈবগী।

৫৪০। ল্লাহৈবম—ল্লা হাঙ্গৈবা হৈ হাঙ্গৈবগী।

(ক) ল্লাইবম (ল্লাইনবম)—পোৎ ল্লাইনবা মফমগী মীনি হাঙ্গৈবগী।

য়াঙ (য়) গী কাংলুপ—

৫৪১। য়োইরেলবম—য়োইরেল সংদা কাই হাঙ্গৈবগী।

৫৪২। য়াঙৌয়েংবম—নিংথৌগী য়াঙৌ লৈবু য়েংদুনা সাই হাঙ্গৈবগী।

৫৪৩। য়াংঙম্বম—য়াম্না কল্লি, মীবুসু ঙম্মে হাঙ্গৈবগী।

৫৪৪ ল্লাংঙৌবম (য়োঙৌবম) —য়াঙৌ লৈবু সাবগী সিন সুই হাঙ্গৈবগী।

৫৪৫। য়াইক্কুল্লাকপম—মপু অদুনা য়াইক্কুল্লাকপা ওই হাঙ্গৈবগী।

৫৪৬। য়াংকমপম—নিংথৌনা সিরগা য়াঙবু কম্মে হাঙ্গৈবগী।

৫৪৭। য়াঙম্বম—য়াম্না কল্লি, মীবু ঙম্মী হাঙ্গৈবগী।

৫৪৮। য়াংকোকপম—নিংথৌগী য়াংকোক সাই হাঙ্গৈবগী।

৫৪৯। য়াঙ্গুয়ৈবম—নিংথৌগী লৈ য়ৈদুনা সাই হাঙ্গৈবগী।

(ক) য়ুরেঙ্গম—মপু য়ুরেনবগী মিং লৌদুনা

(খ) য়ুরেম্বম/য়ুরেনবম মপু য়ুরেম্বগী মমিং লৌদুনা।

৫৫০। য়াম্বেম—মীনা তৌবা পুম্নমক য়াম্না পেম্মে হাঙ্গৈবগী।

৫৫১। য়াংলৈবম—য়াংলৈ উরিনা সেম্মা য়ুবু য়োলে হাঙ্গৈবগী।
৫৫২। য়াইথিংবম—নিংথৌগী য়াইবুং থীরে হাঙ্গৈবগী।
৫৫৩। য়াইথিবম—নিংথৌগী অমোং-অকাই সেংবগী থৌ তৌই হাঙ্গৈবগী।
৫৫৪। য়াইখোম—হী য়াই খোমজিনখি হাঙ্গৈবদগী।
৫৫৫। য়াংগোইজম—নিংথৌগী মমুমদা য়াঙোইদুনা লৈ হাঙ্গৈবগী
৫৫৬। য়াংভৌয়ৈবম—নিংথৌগী য়াংভৌ লৈ য়ৈদুন সাই হাঙ্গৈবগী
৫৫৭। য়াংলেম—মসা তয়াং-তয়াংঙে, লেমলে হাঙ্গৈবগী।
৫৫৮ য়াংনু-য়ৈবম—নিংথৌগী, য়াংনু-লৈ য়ৈদুনা সাই হাঙ্গৈবগী
৫৫৯। য়াঙোইবম—য়াঙোইদুনা লৈবা মফমনি হাঙ্গৈবগী।
৫৬০। য়েংখোম (য়েনখোম)—মঙাঙ সালাইদগী সাংগ অহানবা য়েল্লি হাঙ্গৈবগী।
৫৬১। য়েনকোকপম—নিংথৌগী য়েনহিং থাদোকপদা অনা-লাইকোকই হাঙ্গৈবগী।
৫৬২। য়েনকোকপম থাংজ্রাকপম—মপু থাংজ্রাকপগী অনা লাই কোকই হাঙ্গৈবগী।
৫৬৩। য়েনসেনবম—য়েনবু সোল্লি হাঙ্গৈবগী।
৫৬৪। য়েন্দ্রেম্বম—মপু য়েন্দ্রেম্বাগী মমিং লৌদুনা।
৫৬৫। য়েলাংবম—য়েনসাং হেকই ( য়েল্লাংই ) হাঙ্গৈবগী।
৫৬৬। য়ৈস্থাপম—য়েনগী থাদোক লোইসিনবগী সিন তৌই হাঙ্গৈদুনা।
৫৬৭। য়েনব্রাম—মপু য়েনব্রাগী মমিং লৌদুনা।
৫৬৮। য়েস্তাকপম—মহী-মনাঙ্গ য়েলবু লৈফম তাকয়ে হাঙ্গৈবগী
৫৬৯। য়েনাম—নিংথৌগী ঈ-বু লাম্মী হাঙ্গৈবগী।
৫৭০। য়ুম্নাম—নিংথৌগী চাইগোইনুংদা য়ুম নাই হাঙ্গৈবগী।
৫৭১। য়ুম্নাম সোরেনসংবম—মপু য়ুম্নাবনা সোরেন সঙবমদা লৈখিবদগী।

৫৭২। য়ুমলেম্নম—১। য়ুম অমা লেম্না সাই হাঙবগী য়ুমলেমবম কৌএ।

২। নিংথৌগী লুয়োম ফি সাই হাঙবগী।

৫৭৩। য়ুমথাম—য়ুমথাম লাইবু লাংজি হাঙবগী।

৫৭৪। য়ুম্নামকোনসম—মপু য়ুমনাবনা কোনলিক সুই হাঙবদগী

৫৭৫। য়ুমগুদুম—য়ুম কুপ্না হৈয়ে হাঙবগী।

(ক) য়ুমকুমবম—য়ুম কুপ্নাগী থৌ তৌই হাঙবগী।

৫৭৬। য়ুপানবম—ঈপান থাবা থৌ তৌবা হৈ হাঙবগী।

৫৭৭। য়ুমথাইবম—য়ুম খাইদোকলে হাঙবগী।

৫৭৮। য়ুকাদুম—ম্বাংলৈ য়ুদা কা-দুনা তুম্মী হাঙবগী।

## হুক (হ) গী কাওলুপ—

৫৭৯। হোদাম—মপু হোতিকাগী মমিং লৌদুনা।

৫৮০। হোদাম ঙাথম—মপু অদুনা নিংথৌগী চাননবা ঙা থম্মী হাঙবগী।

৫৮১। হোংলেমসুম্নম—অহোং-অচাউ লাংলে হাঙবগী।

(ক) হোব্রাইবম—মপু হোব্রাইবাগী মমিং লৌদুনা।

৫৮২। হিরোম—হিগী মরোন-মরী খঙই হাঙবগী।

৫৮৩। হিজম-হি সাবা চনবা হৈ হাঙবগী।

৫৮৪ হিতাম—নিংথৌগী হী-য়াই পাম্নে হাঙবগী।

(ক) হিদাম—হী-য়াইবু থিদুনা থম্মী পাম্নে হাঙবগী।

৫৮৫। হিতম—হি-তোংবা তম্নে হাঙবগী।

৫৮৬। হিথাম্নম—হিবু সঙ সাদুনা থামদুনা থম্মী হাঙবগী।

৫৮৭। হিনাউসাবম—মপু অদুনা নিংথৌগী হিনাউ সাই হাঙবগী

৫৮৮। হাউদৈজম—লোইবী হাউলা লোইনৈ-তৌম্নে হাঙবগী।

(ক) হাউবৈজম—হাউগী কৈ (কোৎ) খোঙদা তাই হাঙবগী।

৫৮৯। হাউখোম ( হৌখোম )—চীংদগী হাউ-নাই খোমদুনা পুরকই হাঙ্গবগী।

৫৯০। হকব্রান্তেম—মপু হকব্রান থাবগী মমিং লৌদুনা।

৫৯১। হঞ্জবম—মপু অদু নিংথৌগী হঞ্জবা ওই হাঙ্গবগী।

৫৯২। হব্রাইবম—হৌব্রাই য়াম্না থাই/পাম্মী হাঙ্গবগী।

৫৯৩। হাউবম—হাউথা লোকথাদগী লাকই ; হাউমচা পম্মী হাঙ্গবগী।

৫৯৪। হাউবীজম—হাউদা পীরুই হাঙ্গদুনা।

৫৯৫। হাউরুংবম—হাউরুংবগী লাই লাৎলি হাঙ্গবগী।

৫৯৬। হাউরোংবম—হাউরোং লাই লাৎলে হাঙ্গবগী।

৫৯৭। হাহৈবম—মপু হাহৈবাগী মমিং লৌদুনা।

৫৯৮। হাউরোকচম ( হৌরোকপম ) —মপু কোম্হৌবগী য়ুম্নাকপু হাউরোকপম কৌএ।

৫৯৯। হাইবম—নাউসুম হাঙ্গদুনা নাউথেময়ে হাঙ্গবগী।

(ক) হাইখাম—মীনা ব্রা হাঙ্গনববু থামমে হাঙ্গবগী।

৬০০। হয়িংথেম—হয়িং হাৎনবা হিদাক থাদুনা থেমএ হাঙ্গবগী

(ক) হাইথাম— অব্রাপদা থাদোকএ হাঙ্গবগী।

৬০১। হাউবাজম—হাউবা পাম্নে হাঙ্গবগী।

৬০২। হাউওইবম—১। হাউওই লাইওই মাল্লে হাঙ্গদুনা।
২। হাউগী লমবু ওই হাঙ্গবগী।

৬০৩। হৈম্নাম—মসক মতৌ হেল্লে হাঙ্গবগী।

৬০৪। হেন্তাকপম—১। নিংথৌগী হেন্তাক সুই হাঙ্গবগী।
২। হেন্তাক চাবা পাম্মী হাঙ্গবগী।

৬০৫। হেন্তাকপম য়েনসেম্নম—মপু হেন্তাকপনা য়েনসেম্নমদা লৈয়ে হাঙ্গবগী।

৬০৬। হেঙাকপম—নিংথৌমাংদা হে-তোংববু ভাকই হাঙ্গদুনা।

৬০৭। হেমোইবম—মপু হেমোইবগী মমিং লৌদুনা।

৬০৮। হেরোম—মসা অদু হেনৌ নানৌই হাঙৈবগী।

৬০৯। হুইরেম—মসাগী হুই অদু থৌদে, লেম্না লৈথোকই হাঙৈবগী

৬১০। হুইদ্রোম—তোম্বা হুইদ্রোম্বাগী মমিং লৌদুনা।

৬১১। হুইরোংবম—মপুদু হুইগী মথক্তা লোংনা হিপলে হাঙৈবগী

৬১২। হুইয়াম—মসাগী হুই য়াম্না লোইয়ে হাঙৈবগী।

৬১৩। হৈয়াম —মপু অদু নিংথৌগী হৈ-লা ওই হাঙৈবগী।
" " হৈ-সিংই হাঙৈবগী।

৬১৪। হৈরাংখোকচম—হৈরাংখোং ফম্মী হাঙৈবগী (হৈরাংখোং ফাবাগী মমিং লৌদুনা)

৬১৫। হৈরোংলৈসংবম—নিংথৌগী হৈরোংলৈবু সঙই হাঙৈবগী।

৬১৬ হৈক্রুজম—হৈদু কুবী য়েনবী হাঙৈবগী।

৬১৭। হৈরোম—হৈ সিংই হাঙৈবদগী হৈরোম কৌএ।

৬১৮। হৈবাম—হৈ য়ামনা পাম্মী হাঙৈবগী।

(ক) হৈবম—কোন-লীক হৈবাগী খো তৌই হাঙৈবগী।

৬১৯। হৈরাংখোংজম—হৈরাংখোং ফমমী হাঙৈবগী।

৬২০। হৈবী থাবম—লাইফমদা হৈবী থাই হাঙৈবগী।

৬২১। হৈথম--নিংথৌগীদমক হৈ থম্মী হাঙৈবগী।

৬২২। হৈখাম—নিংথৌগী হৈ-হেকলবসিংবু খামমী হাঙৈবগী।

৬২৩। হৈকম—য়ানবা ককপা হৈ হাঙৈবগী।

৬২৪। হৈন্নাম—হাঙৈবা চৎপা হৈ হাঙৈবগী।

৬২৫। হংলেম—হন-চঙবা নোইথোকই হাঙৈবগী।

(ক) হংলেম (চকপাতাবম)—মপু হংলেমনা চকপদা তাই হাঙৈবগী।

## উন (উ) গী কাঙলুপ

৬২৬। উরিপম—মপু উরিবাগী মমিং লৌদুনা।

৬২৭। উরিকখিনবম—নিংথৌগী উরিক সাই হাঙবগী।
৬২৮। উগম—উ-বু সুই, সাই সম্মী, হাঙবদগী।
৬২৯। উরিখিনবম—উরি কাংখিনবু খিনানল্লে হাঙবগী।
৬৩০। উরেপখিনবম—উরেপ ( ব্রা ) খিল্লে হাঙবগী।

## ঈ ( ঈ )গী কাণ্ডলুপ

৬৩১। ঈরেংবম—নিংথৌগী ঈ-লেঙসিন্নক্লে চঙলকলে হাঙবগী
৬৩২। ঈংঙ্দুম ( ঈঙ্তুম )—মপুদু মফি-মরোন য়াউদনা ইংনা তুম্লে হাঙবগী।
৬৩৩। ঈংকুতম ( ঈঙ্দম )—অইংবদা পংতুম তুম্মী হাঙবগী।
৬৩৪। ঈকব্রানথেম—চকুদা মৈ ঈকতুনা থেমদুনা থাই হাঙবগী
(ক) ঈংলেম—অইংবদা লেম্না লৈয়ে হাঙবগী।
৬৩৫। ঈব্রাংবম—ই-বু ব্রাংনা ব্রাংনা থাইয়ে হাঙবগী।
৬৩৬। ঈকুদুম—ঈকু অদু তুমদুনতা লৈ হাঙবগী।
(ক) ঈঙামবম—ঈঙাম লাইবু লাৎলে হাঙবগী।
৬৩৭। ঈখৈসংবম—ঈখৈরেন সংগ্র হাঙবগী।
৬৩৮। ঈপুসংবম (ঈপুমসংবম) —লাই পুথিবা সঙই হাঙবগী।
৬৩৯। ইরুংবম—মপুনা পুকয়ু সুংগ্র হাঙবগী।
৬৪০। ইরুমবম—ইরুম লাইবু লাৎলে হাঙবগী।
৬৪১। ইরোম—ময়ানা পায়া সেৎলে, মগুৎনা ই-বু ফোইরে, ময়ুমবু কুপ্লে হাঙবগী।
৬৪২। ইরোম সিনাম—মপুদুনা সিনামদা লৈখিয়ে হাঙবগী।
(ক) ইনসেম্নম—নিংথৌগী ঙা ফাননবা ইন সাইগ্র হাঙবগী।
(খ) ইসেনবম—মপু ইসেনবাগী মমিং লৌদুনা।
৬৪৩। ইখোইসংবম—নিংথৌগী খোই সঙনৈ হাঙবগী।
৬৪৪। ইচোম—মপু ইচোবাগী মিং লৌদুনা।

## ফম ( ফ ) গী কাওল্প

৬৪৫। ফিজম—ফি সাবা হৈ হাঙবগী।

৬৪৬। ফিচম—নিংথৌগী সিজিন্নবা ফিবু সেম্মী সাই হাঙবগী

(ক) ফিলেম—ফি ফঙ-ফজবা, লেম্বা সাই হাঙবগী।

৬৪৭। ফিজফিবম—নিংথৌগী, লৈমগী, লৈতেং ফি সাবগী।

৬৪৮। ফিদম—ফজবা ফিদম লৌবা হৈ হাঙবগী।

৬৪৯। ফিজম তেকচম—মপু ফিজবনা তেকচমদা লৈখিয়ে হাঙবগী।

৬৫০। ফাইরেনবম (ফাইরেলবম) —ফি অফাইবা সাই হাঙবগী।

৬৫১। ফাইরেঞ্জম—ফাইরেন থাদা পোকএ হাঙবগী।

(ক) ফাইখোম—ফি সাননবগী অফাইবা লং খোম্মে হাঙবগী

৬৫২। ফাইরেলপম—ফি অফাইবা সাবগীদমক।

(ক) ফাৎলামপল—ব্রাংখৈ ফালামপগী মমিং লৌদুনা।

৬৫৩। ফানচম—লাই ফানবু চাম্মী হাঙবগী।

৬৫৪। ফানজেম—লাং সাদুনা ফাবা হৈ হাঙবগী।

৬৫৫। ফাঙৌবম—মপু ফাঙৌবাগী মিং লৌদুনা।

৬৫৬। ফমদোম—ফম তোপনা ফমই হাঙবগী।

৬৫৭। ফমপীবম—মপু অদুবু ফম পীবীরে হাঙবগী।

৬৫৮। ফমপীহনবম—ফমবী হনবা ওই হাঙবগী।

(ক) ফমমিহনবম—ফমবী হনবগী চাতাবু নৌতা ওইনয়ে হাঙবগী।

৬৫৯। ফৌরুংবম—মপুনা ফৌরুংহনবা ওই হাঙবগী।

৬৬০। ফেলেম—তিমেন মপুৎসুবু ফেনবদি লেমলে হাঙবগী।

৬৬১। ফুরিৎসাবম—নিংথৌগী ফুরিৎ সাই হাঙবগী।

৬৬২। ফৈরোইজম—মীগী মুম অদু ফৈরোই থাই হাঙবগী।

৬৬৩। ফৈদাসোইবম—পাৎচা-ফৈদানা সোইরে হাঙবগী।

## আতিংঙা ( আ-অ ) গী কাণ্ডলুপ

৬৬৪। ( অ+ো=ও ) ওইনাম—থবক তৌবদা ওইথেইননা তৌই, ওইনা পাই হাঙ্গবগী।

৬৬৫। ,, ওইনাম স্নেন্দুসংবম —মপুদুনা য়েনগী মতু অদু মচু সওই হাঙ্গবগী।

৬৬৬। ,, ওক্রম—ওক লোইননবগী লম্বী সেন্সী হাঙ্গদুনা।

৬৬৭। ,, ওক্রম ঘাইরেনবম —মপুদুনা মাইরেমবমদা লৈখিয়ে হাঙ্গবগী

৬৬৮। ,, ওংনাম—ওং হাঙ্গবা মহাংগী লাইসোন সোল্লি হাঙ্গবগী

৬৬৯। ,, ওংথাম—ওংবু লাউবদা থাপ্পা চৎলি তাই হাঙ্গবদগী

৬৭০। আখোম—আখোম লাই লাৎলি হাঙ্গবগী।

৬৭১। অখোংবম—মপুদু মনা খোংই হাঙ্গবগী।

(ক) অখনবম—ময়াংদগী লাকপা মহাকপু অখননা আঙাংমদা লৌসিল্লি হাঙ্গবগী অখনবম সৌএ।

৬৭২। অথোকপম—লুরাং নিংথৌদগী থোকনকই হাঙ্গদুনা।

৬৭৩। অহনথেম—নিংথৌনা সিরুগা লু হান্না চামই হাঙ্গবগী।

৬৭৪। অবুজম -নিংথৌনা মচা পোক্কগা নাউযম পুই হাঙ্গবগী

৬৭৫। অরাম্বম—লামথদুনা ঈরুই হাঙ্গবগী।

৬৭৬। অরুবম—নিংথৌগী তরু-অসেংগী থবক তৌই হাঙ্গবগী

৬৭৭। অসাংবম -ইসাং-সাংলে হাঙ্গবগী।

৬৭৮। অসাংব্রাংবম—সাংসু সাংলে, ব্রাংসু ব্রাংলে হাইবগী।

৬৭৯। অকাংজম—মীগী মপোৎ কাংখৎতুনা য়েংই হাইবগী।

৬৮০। অকুব্রাম—লাইনা সা-ঙা কুব্বীরে হাইবগী।

৬৮১। অখুব্রাম—খ্বাই পনবোক্তা তাই হাইবগী।

৬৮২। অফাম—ফম্না মাইবা সাই হাইবগী।

(ক) আয়াম—অসিবগী চাক য়াম্মা থাই হাইবগী।

৬৮৩। অমাকচম— লৌরুংবু মাক কৌই, মাবু মুই হাইবগী।

৬৮৪। অমোম— মপু অমো ( অমু )গী মমিং লৌদুনা।

৬৮৫। অসেম | ১। সেন সেম্বা-সাবা হৈ হাইবগী
২। সাসেম-ঙাসেম্ব হৈ হাইবগী।

৬৮৬। অয়াম— অসীবগী চাক য়াম্না থাদোকই হাইবগী।

(ক) আনম — মপু আনমগী মমিং লৌদুনা।

৬৮৭। অয়েকপম— মপু তাংখুলানা য়েকপা-খোৎপা হৈ হাইবদগী

৬৮৮। অয়েংবম— য়েকপা-খোৎপা হৈ হাইবগী।

(ক) অয়েনবম— চাকথুং-ঙাথুং য়েনবগী মথৌ তৌয়ে হায়বগী

৬৮৯। অহোংবম— অহোং-অচাউবা তম্মে হাইবগী।

৬৯০। অহোংসাংবম— অহোং অচাউ লাৎলি হাইবগী।

(ক)। অহাইবম— মুক্রা সান্নবদা য়াম্না লৈদুনা হাইয়ে হাইবগী

৬৯১। অহৈবম— কোন হৈ হাইবগী।

৬৯২। অসৈবাহনবম—মপু অদু ইসৈ শকপগি হঞবা ওইয়ে হাইবগী

৬৯৩। অকোইজম—নিংথৌগী লুবু ইকোই-কোইনা চাম্মী হাইবগী

৬৯৪। অচোইবম— পোৎ-চৈ চোইথোক্নে হাইবগী।

৬৯৫। অঙোম—খৌরিদগী (চরম) মেমান্না চোংথোরক্নে হাইবগী

৬৯৬। অঙোম য়ুমখাইবম—মপুদুনা য়ুমখাইবমদা চঙখি হাইবদগী

৬৯৭। অঙোম নোংথোম্বম-- ,, নোংথোম্বমদা লৈখি হাইবদগী

৬৯৮। অঙোমজাম্বম — মপু অঙোমজাম্বগী মমিং লৌদুনা।

৬৯৯। অহৈবম থোঙাম—মপু থোঙানা কোন হৈবগী কৌবনি।

৭০০। অহৈবম তাউবম— মপু অদুনা তাউবমদা লৈখিবদগী।

৭০১। অহৈবম লাইফ্রাকপম—মপু অদুনা লাইফ্রাকপদা লৈখিবদগী

৭০২। অহৈবম মোইরাংহনবম—মপু অদুনা মোইরাংহনবমদা লৈখিবদগী।

৭০৩। অপাংময়ুম—মপু অপাংগী মমিং লৌদুনা।

৭০৪। অচোম—অচোম য়োইরেনবগী চাতানি হাঙ্গবগী।

৭০৫। আকারাম—সা কাম্নকই ( কম্নকই ) হাঙবগী।
৭০৬। অমোম অহৈবম—মপু অমুনা অহৈবমদা লৈখি হাঙবগী।
৭০৭। অভোম—অভোম নাহা সঙ্গাই পাম্বগী মমিং লৌদুনা।
৭০৮। অখাম—খবক খাম্মে হাঙবগী।
৭০৯। অচুবাম—ফি মচু সঙবা হৈয়ে হাঙবগী।
৭১০। অখনবম—ময়াংদগী লাকপা মহাকপু খনগৎতুনা অঙোম ওনখিবদগী।
৭১১। ভরেনবম—নিংথৌগী চাননবা ঙা লেল্লি, সেম্মী হাঙবগী
৭১২। আকারাম কোনসম—মপু আকারাম্বনা কোনসমদা লৈখি হাঙবদগী।
৭১৩। অচুবাম—ফি-সংবু মচু সঙবা হৈ হাঙবদগী।
৭১৪। অহনবম লাইফ্রাকপম—মপু অদুনা লাইফ্রাকপমদা লৈখিবদগী।
৭১৫। অকুরাম—লাইনা সা-ঙাবু বুবীরে হাঙবগী।
(ক) অক্কাপুখ্রেম—মপু অক্কানা পুখ্রেমদা লৈখি হাঙবগী।
৭১৬। অখ্বাইবম—খ্বাই পনাকোক্তা তাই হাঙবগী।
(ক) অখুইবম—খ্বাইগী অমুবা মফমদা লৈখি হাঙবদগী।
(স) তাইখোম—মপু তাইখোম্বাগী মমিং লৌদুনা।

*পুম্না য়ুম্নাক-সাগৈগী মসিঙ
( ১০৪+৭+৭১৬ )=৮২৭ নি॥

২—শা পন্দুপ লোইরে ॥০॥

---

৩-বা পণ্ডপ

# "কংলৈপাক্তা চীঙমীসিংগী বারি"

——ঃ(O)ঃ——

মথক্কী লামাইসিংদা····· ······ হাঈখিবগুম.

কংলৈপাক অসি তম. (Plain) অমসুং চীঙ. (Hill) হাঈনা সরুক অনিথোক্না থাইদোকই।। তমদা - তম্মী; চীঙদা - চীংমী পুন্সিল্লগা "মীতৈ" কৌই ।।০।।

অমরোমদা তমদা "মীতৈ—তম্মী" লৈ অদুগুম্না চীঙদা— মীতৈ-চীঙমী"লৈ ।। অদুনা তমগী সরুক্কা চীঙগী সরুক্কা পুন্সিলগা "কংলৈপাক" কৌই ।। কংলৈপাক্কী মীওইবুনা পুয়াগী লোলদা "কংলৈচা" হাঈনা খঙনৈ ।।০।।

য়েক-সালাইগী মতাঙদা ঃ—

মীতৈ-তম্মীগী য়েক-সালাই ৭ (তরেৎ) লৈ, মদু মখাদা উৎলি ঃ—

১। মঙাঙ.— সালাঈ— মচুদি অঙাঙ.বনি
২। লুয়াঙ.— সালাই— ,, অঙৌবনি
৩। খুমন.— সালাই— ,, অমুবনি
৪। অঙোম— সালাই— ,, মেমানবা (নাপু) নি
৫। মোইরাং— সালাই— ,, অরাংবা (ভাং-মু) নি
৬। খা-ঙানবা- সালাই— ,, মংগ্রামচু (পেক্লক) নি
৭। সালাই- লৈসাংথেম.— ,, অতিংঅা (হিগোক) নি

অসুম্না "মীতৈ তম্মী" গী য়েক সালাই ৭ লৈরিসিগুম "মীতৈ-চীঙমী" গীসু য়েক সালাই ৭ (তরেৎ লৈ। খুদম ওইনা মখাদা উৎচরি ঃ—

কোইরেং কাঙলুপ ঃ— ১। য়েতে ২। সোংথু ৩। লৈসেন.
৪। তুমতিন. ৫। তেনতে ৬। ৱালবে
৭। মিকল.

কোম কাঙলুপ ঃ— ১। য়ুম্ব্রুং ২। থাউ ৩। মরিম ৪। পারপা
৫। রাংসাই ৬। মকল. ৭। রক্কুং

কবুইকাঙলুপ ঃ— ১। কাম্মৈ ২। পাংমৈ ৩। খোম্মৈ ৪। লোংমৈ
৫। মরীংমৈ ৬। পালমৈ ৭। ফাউমৈ

মরিং কাঙলুপ ঃ— ১। দললা ২। রজা ৩। দিংথোই
৪। চোংদুর ৫। থোইতক. ৬। সম.পার
৭। থাঙঙা

মোয়োন কাঙলুপঃ— ১। রুইন. ২। চিনির ৩। সেসোং
৪। সোংসীর ৫। ঙরু ৬। সিরবুম.
৭। বুংজীর

মোনসাং কাংলুপ ঃ— ১। য়াংরান. ২। নুংচিম. ৩। হুঙম
৪। থরতু ৫। লাংরোম. ৬। তুরীপ
চারু

চোথে কাঙলুপ ঃ— ১। য়ুম্ব্রুং ২। থাউ ৩। মরিম ৪। পারপা
৫। রাংসাই ৬। মকল ৭। রকরুং

তাংখুল কাঙলুপ ঃ— ১। দুইদাং ২। সাদাং ৩। খোদাং ৪। থাপুদাং
(ক) ৫। চৌদাং ৬। সিথুদাং ৭। কিংদাং

(খ)
নাম্বাসি ঃ— ১। জুজো ২। ইলেন ৩। সিমগুই
৪। সিংলাই ৫। নিংসেন ৬। সিংলাই
৭। সেংলাই

খারম কাণ্ডলুপ— { ১। সাইফু ২। সাইচল ৩। রাংলা
৪। রাখৌ ৫। সৈলোন ৬। মরীয়ম
৭। কাইলম

অনাম কাণ্ডলুপ— { ১। মুরচল ২। মাসুম ৩। পাসেন
৪। চানতুং ৫। রুনসাল ৬। হুাংবুং
৭। য়াসা

অসিনাচিংবা—

---

মীতৈ ( তম্মী+চীঙমী ) গী মচু-মমেন তরেৎ-তরেৎ লৈ॥ মচুগী অপুনবা সক্তম অদু লাইরিক অসিগী চেথুমদা ফিরাল ওইনা উংলি॥

---

# ১ বা মতাঙ

## ভারতকী লৈঙাক লোঙ্গসঙনা

## খনগৎলবা কংলৈপাক্কী হাউসিংগী কাণ্ডলুপ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | আইমোল | — | Aimol |
| ২। | আনাল | — | Anal |
| ৩। | অঙ্গামী | — | Angami |
| ৪। | চীরু | — | Chiru |
| ৫। | চোথে | — | Chothe |
| ৬। | গাংতে | — | Gangte |
| ৭। | মার | — | Hmar |

| | | |
|---|---|---|
| ৮। কবুই | — | Kabui |
| ৯। কাচা-নাগা | — | Kacha-Naga |
| ১০। কোইরাউ | — | Koirao |
| ১১। কোইরেং | — | Koireng |
| ১২। কোম | — | Kom |
| ১৩। লমগাং | — | Lamgang |
| ১৪। মিজো | — | Any Mizo (Lushai Tribes) |
| ১৫। মারাম | — | Maram |
| ১৬। মরিং | — | Maring |
| ১৭। মাউ | — | Mao |
| ১৮। মোনসাং | — | Monsang |
| ১৯। মোয়োন | — | Moyon |
| ২০। পাইতে | — | Paite |
| ২১। পুরুম | — | Purum |
| ২২। রালতে | — | Ralte |
| ২৩। সেমা | — | Sema |
| ২৪। সিমতে | — | Simte |
| ২৫। সাতে | — | Sahte |
| ২৬। তাংখুল | — | Tangkhul |
| ২৭। থাদৌ | — | Thadou |
| ২৮। বাইফে | — | Vaiphei |
| ২৯। জৌ | — | Zou |
| ৩০। অথন্নদবা | — | Un-Specified |

## ২—বা মতাঙ.

হাউ (মীতৈ-চীঙমী) কয়া অমসু মথক্কী
উৎখ্রিবসিং—অসিগী মথক্তা লৈরি॥
মখোইগী মমিংসিং উৎলি ঃ—

১। পুরুম ২। নান.ফৌ ৩। হিরোই ৪। খারম.
৫। তুসুক. ৬। বুংসোন ৭। চাংসেন ৮। সিংসোন ৯। মোংভুং
১০। খলাংগাম ১১। চাংপুৎ ১২। চুংলো ১৩। হাউকিপ
১৪। কামহাউ ১৫। সুক্তি ১৬। লাহুপা ১৭। খোংজাই
১৮। কাচাং (কাচা) ·— অসিনচিংবা অসিসু চীঙমী মীতৈনি॥

## ৩—বা মতাঙ.

চীঙ.দতা নত্তনা কংলৈপাক্কী
তম. অমসুং চীঙ. (চীঙগী নাপোম) দা
পুংগ খুন্দাবা "লোই" (Schedule caste)
কৌবা কাঙ.লুপসিংসু লৈদি ;
মখোইগী মমিং উৎলি ঃ-

১। অব্রাং সেকমাই
২। লেম্রাম
৩। লৈম্রাম খুনৌ (তাইং.োন পোকপী)
৪। কৌক্রুক.
৫। ক্কাথা
৬। অন্দ্রো
৭। ফায়েং
৮। খুরুখুন.

ভারত অমসুং ব্রিটিস সরকারনা খনগৎলম্বা লোই (Schedule caste) নি। মখোইসু য়েক-সালাই ৭।৭ লৈরি। তম্মী-মীতৈনি॥০॥

## ৪—বা মতাঙ

### মথক্কী লোই খুন্নং ৮ অসি
### নত্তবা কৈরোইদি ওইবা কাওনুপসিং ঃ—

১। য়াইরিপোক লাইমনাই ২। থাঙ্গা ৩। কক চীং
৪। অকোকসা ৫। থৌবান্দোং ৬। চাইরেল ৭। খাওঙাবোক
৮। ঙাইখোং ৯। নিংথৌখোং ১০। উখোংসাং ১১। য়াঈথিবী
১২। পেরে ১৩। তৌবুল, ১৪ হাউচোংবন, ১৫। সেকতা
১৬ লাংঙাথেল ১৭। মোইরাং ১৮। নাপেৎ ১৯। কুমফি
২০। অরোং ২১। কক য়াই ২২ নুংঙু ২৩। সুগুনু
২৪। খোইজুমান, ২৫। খুদেবন্দ ২৬। নাচৌ ২৭। ময়াংখাং
২৮। নোংপোক সেকমাই ২৯। হুইকপ ৩০। হৈরোক ·
অসিনচিংবা — কৈরোই কাওনপসিং অসিসু য়েক-সলাই ৭/৭ লোইনা নৈবা; তন্মী-মীতৈনি

## ৫-সুবা মতাঙ

### তন্মী-মীতৈ-দা তিল্লখিবা কাওনুপসিং

১। মৈতৈ ঃ হিন্দু ধর্ম্মদা লুপশিনখ্রবা, সালাই ৯ ইনবা, ১সুং গোত্র ৯ চৎলবা মীতৈ মচাসিং ॥

২। নিংথেমচা ঃ হিন্দু ধর্ম্মদা লুপসিনখ্রবা মঙাঙ, নিংথৌগী চাতা-নাউতাসিং ॥

৩। কৈরোই ঃ কৈখোং সঙবা লোই থাফম ওইবা লমসিং ( মথক্কী পন্দুপ ৪-সুবা লমসিং ) ॥

৪। মীতৈ পাঙল ঃ ঈনিংথৌ খাগেম্বা ( খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ ) না লান্দা ফাহৌবা লালফা, মীতৈগা লৈমিন্নবদগী মীতৈলোন লোম্লবা, বাঙ্গান্দগী লাকপা মী (পাঙল)।

৫। টেলি ঃ খাগেম্বনা লান্দগী ফাহৌবা টেলি দয়ারামগী চাতা-নাউতা (হৌজিক ইম্ফাল টেলিপতি অমদি ময়াংখাঙনচিংবদা লৈরিবসিং)

৬। নেপালি ঃ নেপাল লৈবাক্তগী মথং-মথং লাকতুনা কংলৈ-পাক অসিদা য়ুম্লিংদুনা লৈররবা "নেপালিসিং"। মখোই অসি মখল মঙা সুই। মদুদি ১। বাদি ২। দামাই ৩। গাইনে ৪। সাৎকী অমসুং ৫। কামি অসিনি। অসিগুম্বা মখল মঙাসি কংলৈপাক্তা লৈ।

৭। লাইরিকয়েংবম ঃ নিংথেম পামহৈবা ( গরিবনিৱাজ ) ( খ্রিঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ) হাক্তক্তা থোক্লকপা নোংসামে কৌবা ময়াং-সুদ্র মচা। নোংসামেনি ; নিংথেম পামহৈবগী লাইরিক সঙদা লৈহন্দুনা "লাইরিক-য়েংবগী" থবক তৌহল্লি। অদুনা মাগী য়ুম্নাকপু "লাইরিক-য়েংবম" কৌদুনা লৈরিবসিনি।

৮। মৈতৈ বামোন ঃ ময়াং লৈবাক্তগী লাকপা ময়াং মচাসিংনি। কংলৈপাক অসি মখোইনা হেক লাকগদগী মখোইগী ময়াং মরোন্দা "মণিপুর" হাইনা থোনজিনখি। মমেদদি মীতৈলোন লোল্লি। মীতৈ য়েক-সালাইগী মহুত্তা ময়াং গোত্র-মাপন অদু চৎলি। হিন্দুগী এজেন্টনি ; হাইবদি লমজিং মৈরানি ॥০॥

## ৬-সুবা মতাঙ

### লোল, ময়েক-কী মতাঙদা

মীতৈ-চীঙমীসিংগীসু য়েক-সালাই ৭/৭ অদু লোইনা লৈ। অনদুবু "তম্মী-চীঙমী" বু অমত্তনি হাইরিবা। মপা অমত্তগী

মচানিঃ মমাদি তোঙাল্লি ॥০॥

মীতৈ ( তম্মী চীঙমী ) গী পুয়ানা হাঈরম্বদাঃ—
লোলনা ( Language ) ঈমানি; ময়েক্না ( Script ) ঈপানি।
মপা অমত্তগী মচানি হাঈবদিঃ— ময়েক্তি মীতৈ ময়েক্কমক লৈরম্মিবসিনি। মমাদি তোঙাল্লি হাঈবনা তোঙান-তোঙানবা লোল লোল্লি হাঈবনি। অদুনবু মীতৈ ময়েক অমসুং মীতৈ লোল হাঈরিবসিনি ॥০॥

৭-সুবা মতাঙ—

"চীঙমী মনুঙদা ফুরুপ খাঈবা"

মীতৈ-চীঙমীসিং অসি ফুরুপ অনি থোক্না খাঈদোকই ঃ—

১। ময়েক-সালাই— ৭ লৈবা ( লৈহৌমী ) অমা

২। ,, ৭ লৈতবা ( খুন হোংলকপা ) অমা

*১। ময়েক-সালাই লৈরিবসিগী মরমদি— মখোইসি ঈপুধৌ পাখঙবগী মচানি। ঈপুধৌ পাখঙবনা লৈমা ৭ পাল্লদুনা মচানুপা ৭ পোকখিবদু নিংশিংবা য়াই। অদুগুম্বা মচাসিংদুনা য়ামখৎ-লমতুনা তম্পাক্কী সরুকমখেদা, অদুদগী চীঙদা, পাত্তা সিনবা থুংনা খুন্দানখি। সালাই ৭ কী মচা-মসু মীতৈ - তম্মীসিংদুনা চীঙদা হৌ-হৌ লাউনা কাদুনা খুন্তানখি। মখোইবু "হাউ" হাঈনা খঙনখি ॥০॥

অমরোমদা লাইনিংথৌ সালাইলেলগী নুংসি মিৎয়েংথাদা লৈহৌখিবী সারোই নিংঙোল অতোম্বী অদুনা চীঙহাউশিং অদুবু মচামক্কি খন্না নাউয়োক নাউকোঞ্জখি। মখোই অদুনি ময়েক-সালাই ৭ লৈরিবা ॥০॥

২। কংলৈপাক্কা নরুবা, য়ুমলোম্বা ব্রহ্মাদেস ( কবো নত্রগা

ম্যেনমার), চীন,-হিনস, লুসাই হিনসনচিংবা মাইকৈদগী লমথে লান-সিন্দুনা কংলৈপাক্তা নৌনা তিন্নসিনখিবা কাওবু মথৈদি হৌজিক ফাউবা য়েক-সালাই ৭/৭ অদু লৈতে ॥০॥

চীওমী-( মীতৈ ) গী অকুপ্পা হৌরকলোনগী ম্বারীদি "কংলৈপাক্কী কংলৈরোন" দা উবীগনি ॥০॥

৩বা-পণ্ডুপ লোইরে ॥

---

# ৪-বা পণ্ডুপ

## কংলৈপাক্তা মীতৈ পাংঙল

### খুন্দারকখিবা অমসুং সাগৈসিং

———(0)———

"পাঙল" হায়বা ম্রাহে অসি বাঙ্গলা লৈবাক্তগী লাকপা, চঙলকপনি হায়বদগী থোরকপনি। সম্না হায়রবদা বাঙ্গলা-দগী,— বাংগান্দগী "পাংঙল" অসি ওইরে ॥০॥

ঈনিংথৌ খাগেম্বা (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ ) হাকতক্কী লালফা ওই-খিবা আলি ( মমৈদা ফুল্লে মম্নুম ), মকক: তোনবা, লৈমুসেক্কী ম্নাংবা; মঙ্গোন্দগী ( মংপল ) লাকপা খারামুৎকী তোনবা, মেরা-রমৎ, কোসরম্নৎ, মুর্সিদবাৎ তোনা, মালিক্কী ঙাংবা, বৎসেগী মানসারা, ফুল্লেগী ম্নাংবা, লৈমুসেককী খম্না, মোবুরদগী মোচা ···· ·····অসিনচিংবা পাংঙলশিংনা পুক্কোকনি।

খাগেম্বা নিংথৌনা সানোংবা হিগাইগী লাম্দা ফাহৌবা পাংঙল লালফা মম্নাম অদু···

সেক্তাদা, খাঙগ্রাবোকতা, থাঙ্গাদা, ককচীঙদা, চুকীদা, লাংঙথেন্দা, য়াইরিপোকতা, যৌগাকচাওদা, হঙ্গুন্দা, নুংচাইদা, উয়ান্দা, খোমিদোকতা, অকোকসাদা, উরুপ্তা, লিল্লোংদা, ক্বাকতাদা, হৈয়েন্দা, ঈরিলপান্দা, য়াংবীদা লৈহল্লি ॥৩॥

## "মীতৈ পাংঙল"

বাংগাল নত্রগা পাংঙলসিংনা মীতৈগী মরকতা লৈররবদগী "মীতৈ পাংঙল" কৌখ্রে। মখোয়না মীতৈ তুমন নুপী লৌদুনা চাতানাউতা শনদোকতুনা ঙসি ফাউবা লৈররি। মীতৈগা নুংসাংনা লৈমিন্নরবনিনা লোনসু "মীতৈলোন", য়ুমসা-কৈসাসু মীতৈগা মান্নরে। লাইসোন-তীনসোন্দদি আর্বিক অমসুং উর্দু দা তোপনা অদুম তৌজবা য়াহল্লি। মীতৈগী য়ুম্নাক-সাগে লৈবগুম্না পাংঙলগীসু লৈরে ....

মদুদি ঃ—

ক ( কোক )।

১। কোরি ময়ুম ঃ— নিংথৌনা কোন-সাবা, কোরিগী পোৎচে-সাহল্লি হাঙ্গৈবদগী কোরিময়ুম।

২। কোন্থা ময়ুম ঃ— মপু অদু নিংথৌনা কোন্থাদা লৈহল্লি হাঙ্গৈবদগী "কোন্থাময়ুম"।

৩। কমল ময়ুম ঃ— মগু অদু কমল কৌয়ে হাঙ্গৈবগী কমলময়ুম।

৪। ককচীং ময়ুম ঃ— নিংথৌনা ফারগা ককচীংদা লৈহল্লি হাঙ্গৈবগী।

৫। কর্পুর সুংবম ঃ— নিংথৌনা কর্পুর সুংবগী মথৌতৌহল্লি হাঙ্গৈবগী।

৬। কৈনৌ ময়ুম ঃ— নিংথৌনা কৈনৌ খুনদা লৈবা নিংথৌগী কৈ ( পুক্কে ) পায়হল্লি হাঙ্গৈবগী।

৭। কৈখোংতাবম ঃ— নিংথৌনা কৈ সংননবা থবদগী, মচা-মসু সনদোকতুনা কৈথোংদা লৈশ্রে, তাশ্রে হাঙ্গীবদগী।

৮। কৈথেল ইখোনঃ—মাগী ইখোনদা মনা-মসিং থাদুনা য়োন্দুনা মমুম কৈথেল কাহল্লি হাইবগী।

স (সম)।

৯। সঙ্গোম সুম্বম ঃ— নিংথৌগী সনখোম (সঙ্গোম) সুম্বহল্লি হাঙ্গীবগী।

১০। সাইরেম মমুম ঃ— মীতৈনা তৌবগুম্বা মুমগী সাই ককএ হাঙ্গীবগী।

১১। সাজৌবম মমুম ঃ—মপু অদু চাউএ শাংঙে হাঙ্গীবগী।

১২। স্যাকক্‌পম ঃ— নিংথৌগী মমাংদা চামনবা সা ককএ হাঙ্গীবগী।

১৩। সিঙ্গাখোংবম ঃ—নিংথৌগী পেরে সিঙ্গা খোংহল্লে হাঙ্গীবগী।

১৪। সুম্রাম মমুম ঃ— মপু অদু সুম্রাম কৌএ অমসুং মাগী মমিং লৌদুনা।

ল (লাই)

১৫। লোইতোং মমুম (লোইতোংবম) ঃ লোই (কৈ) দা তাংদুনা লৈখি হাঙ্গীবদগী।

১৬। লবুকতোংবামমুম (লৌবুকতোংবম) ঃ লৌবুক্তা লৌ উহন্দুনা লৈহল্লি হাঙ্গীবদগী

১৭। লাইরিকয়েংবা মমুম (লাইরিক য়েংবম) ঃ মমাংগী লাইরিকপু পাদুনা অমদি করি করি হাউবগে হাঙ্গীনা য়েংহল্লি হাঙ্গীবগী

১৮। লৈসাংথোং মমুম ঃ মাঙ্গোই লৈসাংথোং মপান্দা লৈহল্লি হাইবগী

১৯। লৌপাম মমুম ঃ নিংথৌনা লৌ পানহল্লি হাইবগী।

২০। লুপলাকপম ঃ ফারকপা ময়ামগী লুপ্প লাকহল্লি হাঙ্গবগী।

ম (মীত্)

২১। মোইচিং ময়ুম ঃ মোইচীংদা খুন্তাদুনা লৈয়ে হাঙ্গবগী।

২২। মোইনাম ময়ুম ঃ নিংথৌদা মোইনা-উচেক ফাদুনা কৎলে হাঙ্গবগী।

২৩। মঙ্গল ময়ুম ঃ মোঙ্গোলদগী লাকপনি হাঙ্গবগী।

২৪। মনজম ময়ুম ঃ লোইসিঙ্গবা মঙ্গবা হৈ হাঙ্গবগী।

২৫। মেরাই ময়ুম ঃ মপু মেরাগী মমিং লৌদুনা।

২৬। মাইবম ময়ুম ঃ মাইবা সাবা হৈ হাঙ্গবদগী; (মাইবম্না পাঙল ওনখিবা)।

২৭। মালসম ময়ুম ঃ তেক্কবু হাংগীদু মাম্না শম্মী হাঙ্গবগী।

২৮। ময়াং অনৌবা ময়াং অরিবা } ময়ুম ঃ ময়াংনা পাঙলগী নিংঙোল লৌদুনা পাঙল ওনখিবা অনৌবা অরীবা।

২৯। মকক ময়ুম (ক) মকক ময়ুম অমুবা (স) মকক ময়ুম ভঙৌবা } ঃ নিংথৌনা সানোংবগী লান্দগী ফারকপা পাঙল মচীন-মনাউ ও-বু লৌখোং মপান্দা লমভুপ-লমভুপ কক্তুনা তাহল্লে হাঙ্গবগী।

প (পা)

৩০। পুখ্রি ময়ুম ঃ খাগেম্না নিংথৌনা পুখ্রি (ঈকোন) তৌহনল্লি হাঙ্গবগী।

ন (না)

৩১। নোংজাই ময়ুম ঃ মপু নোংজাইগী মমিং লৌদুনা।

৩২। নোংসা য়াইবম ঃ ইংগনবদগী নুংসাদা য়াইদুনা লৈ হাঙ্গবগী

চ (চীল)

৩৩। চেসম ঃ নিংথৌনা চে-সাবদা সিজিন্নে হাঙ্গবদগী।

ত (তীল)

৩৪। তম্পাক ময়ুম ঃ নিংথৌনা তম্পাক্কী হাফিজ হট্টাদা তাইহল্লি হাঙ্গৈবগী।

৩৫। তাউথোং ময়ুম ঃ তাউথোংদা হাঙ্গৈবদি ঈপাকথন্তা থোং-সাদুনা লৈ হাইবগী।

৩৬। তিন (টিন) ময়ুম ঃ নিংথৌনা কোঙৌ তিনগী থৌ-তৌহল্লি হাঙ্গৈবগী।

থ (থৌ)

৩৭। খুল্লাকপম ময়ুম ঃ পাংঙলনা খুল্লিংদুনা লৈবা অদুগী লাকপা ওইবগী।

৩৮। খুলৈবম ময়ুম ঃ নিংথৌনা মাঙখ্রে হাঙ্গৈনা থিবদা খুন্তাদুনা লৈরম্মে হাঙ্গৈবগী।

৩৯। খোইনিং ময়ুম ঃ ময়ুমদা খোইনিং উচেক্কী মকোন সাই হাঙ্গৈবগী।

ঙ (ঙৌ) ঃ লৈতে।

থ (থৌ)

৪০। থোংখোং ময়ুম ঃ থোংখোঙ মনাক্তা লৈ হাঙ্গৈবা।

৪১। থৌবাল ময়ুম ঃ থৌবালদা থুন তাদুনা লৈ হাঙ্গৈবগী।

৪২। থাঙচম ময়ুম ঃ থাঙ সাবগী সিনফম তৌই হাঙ্গৈবা।

র (রাই)

৪৩। রাং-ময়ুম ঃ তুরেল রাংমদা লৈ হাঙ্গৈবগী।

য় (য়াঙ)

৪৪। য়াংখুবম ময়ুম ঃ মপু য়াংখুবগী মিং লৌদুনা।

৪৫। য়ুমখাইবম ময়ুম ঃ পুন্না লৈমিয়রম্বদগী খাইদোকখ্রে হাঙ্গৈবগী

৪৬। য়ুমথাম ময়ুম ঃ য়ুমথামগী য়ুমদা তাংঙে হাঙ্গৈবগী।

হ (হুক)

৪৭। হরাই ইখোন ময়ুম ঃ নিংথৌগী হরাই ঈখোন পায়ে হাঙ্গৈবগী

৪৮। হিদাক ইখোন ময়ুম ঃ হিদাকমনা থাইয়ে হাঙ্গৈবগী

৪৯। হৈখা ময়ুম ঃ হৈখা হৈবু থাদুনা য়োক্লে হাঙ্গৈবগী।

৫০। হৈবোক ময়ুম ঃ হৈপোক চীঙদা লৈয়ে হাঙ্গৈবগী।

৫১। হুইরেমময়ুম : হুইরেমদা তাংদুনা লৈয়ে হায়বগী।

উ (উন)

৫২। উরুপ ময়ুম : উরুপতা লৈয়ে হাঈবগী।

ঈ (ঈ)

৫৩। ঈঙম ময়ুম : নিংথৌনা ই ফাম্নহল্লে হাঈবগী।

ফ (ফম)

৫৪। ফুঞম : চক্ফু সাবগী সিন্দা থৌ পীথিয়ে হাঈবগী।

৫৫। ফুন্দ্রে ময়ুম : মীতৈগী ফুন্দ্রে খেৎপগী সিন্দা তেংবাংই হাঈবগী

৫৬। (ফিসাবম, ময়ুম) : ফি-সাবা হৈ হাঈবগী।
ফিসবম,

৫৭। ফিরিংজি ময়ুম : সাহেবকী ফিরিঙ্গী নাই ওই হাঈবগী

আ (আতিংআ)

৫৮। অয়েকপম ময়ুম : য়েকপা-খোৎপগী সিন তৈহল্লি হাইবগী।

৫৯। অরিবম (ময়ুম) : লালযাসিংগী মনুঙদা খাইদগী লিরবা (অহন) মী ওইয়ে হাইবগী

ঙ (ঙগ)

৬০। ঙারা ময়ুম : মীগীদা ঙারা চৌদুনা লৈয়ে হাঈবগী।

দ (দিল)

৬১। দোলাই পাবম : নিংথৌগী দোলাই পাবা ওইয়ে হাঈবগী।

ব (বা)

৬২। বোগী ময়ুম : মপু বোগি-গী মিং লৌদুনা।

৬৩। বাসৈ ময়ুম : ঈসৈ সকপদা বা-বা হাইগল্লে হাইবগী।

(ও)

৬৪। ওইনাম, ময়ুম : ওইনাম্না পাংঙল ওল্লে হাঈবগী।
অসিনচিংবা ॥•॥

N.B. ১। পাঙলসিং অসিগী মনুঙদা নোংচুপলোমগী মমাংসিং য়াম্না য়াউই। কংলৈপাক্কী কংলৈচা কয়াস্ন পাংঙল নিংঙোল লৌদুনা পাঙল ওনখিবা কোঙ্গাই অমনি।

২। তিল্গলি ( টেলি ) হাঙ্গৈবা কাংলুপ অসিসু পাংগলগা লোঈ-নরকপা থাউ সুম্বগী থবক তৌবা মীওইনি। অহানবদা বামন সিজগুরুম্মা থাউ সুম্বদগী টেলি ( কোম্না লাকপা ) না সিলহৌখি।

৩। ইং কুমজা ১৮৯১ গী কংলৈপাক্কী (মনিপুর নিং-তম্বগী লান্দা পঞ্জাপ্তগী লাকপা মুসলিম "হাফির্জ হট্টা" কৌবা লম্লোনবা অমনা ব্রিটিসকী রেসন (চেং-চাক) হুল্লি হাঙ্গৈবগী পেল্লদুনা মাঙোন্দা কংলাগী নোংপোক চীঙখৈগী লম ·· ··· ·· ··· অসি মানা শিদ্রি-ফাউবা খাজনা য়াউদনা লৈননবা পীথোকখি। সমজিন্নগা হৌজিক হাপ্তা পাঙল্ কৌরিসিনি॥০॥

৪-বা পণ্ডুপ লোইরে।

---

# ৫-বা পণ্ডুপ

## কংলৈপাক অসিদা বামোন হৌরকপা

### ( বামোন থুম্হোকলোন )

———(0)———

মীতৈ (তম্পী+চীঙমী)না য়েলহৌঙদগী খুন্তা·লৈতাদুনা লৈরক্লিবা "কংলৈপাক্লি" নি। চীঙনা কোঈনা পনসাবা, হাউনা কোঈনা পনভাকপা ম্না লৈপাক "কংলৈপাক্লি"।

কংলৈপাক অসিদা হৌরক-মীওই ( Aborigin ) ওইনা মীতৈ ( তম্মী ) অমসুং মীতৈ ( চীঙমী ) অনি অসিনা পুকোক্লি। মথং মথং ওইনা মীতৈ পাংগল, মৈতৈ-বামোন অসিনচিংবনি।

"বামোন" হায়বা ব্রাহে অসি ময়াং হিন্দুগী "ব্রাহ্মণ" হায়বদুদগী থৈথরকপনি। মীতৈ লৈপাক্তা (কংলৈপাক্তা) নোংচুপ-লোমদগী ময়াং মচাসিংনা লাকতুনা লৈরখিবা কোয়াইনি। অহানবদদি লৈপাক্কী নিংথৌগী মফমদগী সিঙ্কা লৌজদুনা খুত্তাংদুনা লৈরখি। কাঙ্গৈনথংদদি "যুমতাংবনা কৈনাবা" হায়বদুমক থোকখি। মখোইনা লৈপাক অসিগী চানু নিংওোন লৌজদুনা চাতা-নাউতা সন্দোরকখি। মখোইস্ন মীতৈদৌনা যুম্নাক, সাগৈ, নাইরকখি। মখোইগী যুম্নাক সাগৈসিং অদু স্নুপ্নতগী "গোত্র মাপল" গী মনুঙ চনবা ঙাক্ত ন। গোত্র মাপল অদুদি—

১। সান্ডিল্য গোত্রা
২। কাস্যপ ,,
৩। মধুগল্য (মৌদল্য) গোত্রা
৪। গৌতম (কৌসিক) ,,
৫। আত্রেয় গোত্রা
৬। ভরদ্বাজ গোত্রা
৭। নৈমিস গোত্রা
৮। অঙ্গিরস গোত্রা
৯। বসিষ্ট গোত্রা

মথক্কী গোত্র মাপলঅসিবু বামোনসিংনা মখোইগী হৌরকপগী মপা-মপুসিং ওইবনা ইথামক থাদোকত্রি। গোত্র মাপল অসিমক্তি ময়াং হিন্দুসিংগী মপা-মপুশিংনি। মদুবু বামোনস্নিংনস্ন মখোই-গীনি হায়রিবসিনদি বামোনগা ময়াংগা হৌরকফম অমত্তনি।

---

* বামোনসিংনা "গোত্রা" খঙলকত্রবা মতমদা "অমুক গোত্রা" হায়বমা অহেনবা ওইনা সিজিন্নৈ ॥০॥

## বামোনগী খুন্থোকলোন ১সুং গোত্র

ক (কোক):

১। ককচীঙ তবম ঃ— তখেন্দগী (ত্রিপুরা) লাকপা ঘনরাম (ভরদ্বাজ গোত্র) তন্ত্রধারনা ময়াং হৈখোঙ চানু বুমু পাম্দুনা মাগী ঈদি ককচীঙদা তাই হাঈবদগী "ককচীঙ তাবম" কৌএ। নোংইন ফাব।

২। ককচীঙ তাবম ঃ— সীলোৎ বুনিনগ্রামদগী পরমানন্দ লাকএ (ভরদ্বাজ গোত্র) মাগী ঈদি ককচীং ভাবমনে ঃ নোংইন ফাবা।

৩। কনৌজি ময়ুম ঃ— কানপুরদগী কৃষ্ণচরন তেৱারী লাকই, (ভরদ্বাজ গোত্র) মাগী ঈদি খুরাই তাবা 'কনৌজি ময়ুমনে' চালাম্বা হাক্তক।

৪। কোংব্রাই লাৎপম ঃ— গৌরদেসতগী লাকপা য়াঙ্গংবনা ক্ষেত্রি- (শাণ্ডিল্য গোত্র) নাজি ময়ুম চানু হেরি পাম্দুনা মাগী ঈদি "কোংব্রাইলাৎপমনে"। খাগেম্বা হাক্তক।

৫। কোংব্রাই লাৎপম ঃ— গৌরদেস্তগী লাকপা যুগীগি জয়রাম (সাণ্ডিল্য গোত্র) মরাম্বগী ঈদি লৌবুকতোংবমনে; কোব্রাই লাৎ- পদা চংখ্রে। খাগেম্বা হাক্তক।

৬। কুলিন ময়ুম ঃ বোরোনগরদগী কুলি লাকএ। মানা তাংখম (অনুক গোত্র) কৈ চানু মাইতুম্বী পাম্দুনা মাগী ঈদি কুলি ময়ুমদগী কুলিন ময়ুম কৌখ্রে। নরসিংহ হাক্তক।

স (সম)

৭। শ্রীময়ুম ঃ— গুজরাটুগী লাকপা শ্রীরাইধরনা মতু হেরাইনি (কাস্যপ গোত্র) পুন্দুনা মনাও অমগা লাকয়ে। মাগী ঈদি "শ্রীময়ুমনে" ক্যাম্বা হাক্তক।

৮। সিজগুরুময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা ডুন্-পাতিনীগী গঙ্গা-
(মধুগল্য গোত্রা) রাম্না সেক্তা কৈ চানু মাইমুবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি
"সিজগুরুময়ুমনে" ক্যাম্না হাক্তক।

৯। সিতাম ময়ুম ঃ— নদিয়াদগী লাকপা সিতারাম্না লাংনুং চানু
(অমুক গোত্রা) মাইতেকপী পাম্নদুনা মাগী ঈদি 'সিত্রাম ময়ুমনে'।
ক্যাম্না হাক্তক

১০। সঙুকী ময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা রঘুনাথদাসনা সাম্নুপন
(অমুক গোত্রা) চানু-চাউবী পাম্নদুনা, মাগী ঈদি "সঙুকী ময়ুমে"
(লম্বোইমচা)। ক্যাম্না হাক্তক।

১১। সামুলাইলাংপম ঃ — কলিকতাদগী লাকপা শ্রীনাথনা য়াইরি-
(ভরদ্বাজ গোত্রা পোক চানু পাম্নদুনা মাগী ঈদি "সামুলাইলাং-
পমনে"। খাগেম্না হাক্তক্রে।

১২। সঙলাকপম ঃ — কুলিগ্রামদগী লাকপা জগনাথ আচার্য্যগী
(অমুক গোত্র) ঈদি "সঙলাকপমে"। খাগেম্না হাক্তক্রে।

১৩। সিজগুরুময়ুম ঃ—তাখেন্দগী লাকপা গোনোক সুবল, বলরাম,
(মধুগল্য গোত্রা) মচিন-মনাউ অনিনে। সুবলনা থিনুংগে চানু
পাম্নদুনা কোংয়াম্না পোকয়ে। কোংয়াম্নানা সির-
বদা মোঈরাংথেম চানুবু সিজগুরুময়ুম খুইবা
সিদ্ধান্তনা লৌখ্রে। মীচাসু মচানি হাঙনা লৌ-
সিনখ্রে। মীচাগী মমিংদি মেঘরাম কৌরে।
মমৈথংদা সিজগুরুময়ুমদা চঙখ্রে।
পাইখোম্না হাক্তক।

১৪। সামুলাইলাংপম ঃ— উরিযাদগী লাকপা মনু সঙুকীনা কৈখু
(ভরদ্বাজ গোত্রা) হাউ চানু মাইচোনবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "সামু-
লাইলাংপমে"। চারাইরোংবা হাক্তক।

১৫। সঞ্জুকি ময়ুম ঃ— সিলোট্টগী (ধাকা) লাকপা সান্তিদাস (অমুক গোত্র) লম্বোইবনা অন্দ্রো তুমন লুখোইবী পাম্লেয়ে, ধারা লৈতে, সঞ্জুকি ময়ুমনে। লুখোইবী অসি মমৈদা "নোংমাইজিং বৈষ্ণবী" হায়না খঙনখি। পুম্না মৈ থারুবগী লাইখুং থুংদুনা সান্তিদাসপু নিংথেম পামহৈবনা ইম্থোকতুনা নোংমাইজিং-চীঙদা থম্মখি।
পামহৈবগী গুরু সান্তিদাসনা লোই হায়বদগী লুখোইবীবু "লৈমা" কৌখি। লৈমা অসিনা লৈবা চীঙনি হায়বদগী "লৈমা-চীঙ" অমদি সান্তিদাস (গুরু) গী মমিং লৌদুনা "গুরুপাৎ" থোজিনখি।
পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) হাক্তক।

১৬। সঞ্জুকি ময়ুম ঃ— সান্তিদাসকা লোয়নরুকপা মালোমদাসনা (অমুক গোত্রা) কৈথু হাউ চানু হাউবী পাম্লে ঃ সঞ্জুকি ময়ুমনে।
পামহৈবা হাক্তক।

১৭। সঞ্জুকি ময়ুম ঃ— রামদাসনা কবুই হাউ চানু পাম্লে ; মাগী (অমুক গোত্রা) ঈদি সঞ্জুকি (লমবোইমচা ময়ুম্নে। পামহৈবা হাক্তক

১৮। সঞ্জুকি ময়ুম ঃ— স্যাম বৈরাগী নদী ১সুং বন ঠাকুর মচীন (অমুক গোত্রা) মনাউ অনিমানা কৈ চানু অমমম পাম্লে, মখোয়গী ঈদি সঞ্জুকি (লম্বোইমচা) ময়ুম্নে। পামহৈবা হাক্তক

ল (লাই) ঃ

১৯। লৈখুন চংবম ঃ— তখেন্দগী (ত্রিপুরা) লাকপা জবাসিংনা (অমুক গোত্রা) পেরে খোংবম চানু ধনি পাম্লদুনা মাগী ঈদি (অমুক গোত্রা) "লৈখুনচঙবম" কৌয়ে। ক্যাম্বা হাক্তক।

২০। লৈহাউ থাবম ঃ— তখেন্দগী লাকপা গনেসগিরিনা ময়াং (সান্ডিল্য গোত্রা) তৌবুল চানু হাউবী পাম্লদুনা মাগী ঈদি "লৈহাউথাবম" কৌয়ে সঞ্জুকিনে (লম্বোইমচা) ক্যাম্বা হাক্তক।

২১। লৈহাউ থাবম ঃ— কানপুরদগী দামুদর লাকয়ে ; মাগী ঈদি (সাণ্ডিল্য গোত্র)। "লৈহাউ থাবমনে"। ক্যাম্বা হাক্তক।

২২। লৌবুক তোংবম ঃ— শান্তিপুরদগী লাকপা হরিহরনা তাং-(সাণ্ডিল্য গোত্র) খুল হাউ নুপী তুমন পাকপী পান্নদুনা মাগী ঈদি "লৌবুক তাবমনে"। মুংয়াম্বা হাক্তক।

২৩। লাইপুবম ঃ—তখেন্দগী লাকপা লাইপুবা নিসিরামনা অযোংকৈ (সাণ্ডিল্য গোত্র) চানু মাইপাকপী পান্নদুনা মাগী ঈদি "লাইপুবম" কৌখ্রে। সঙকী (লম্বোইমচা) নে।

চরাইরোংবা হাক্তক।

২৪। লাইময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা সনানাম্বা সেক্তা কৈ চানু (গৌতম গোত্র) মাইমু পান্নদুনা, মাগী ঈদি "লাইময়ুম" কৌখ্রে।

চারাইরোংবা হাক্তক।

২৫। লাইময়ুম ঃ—তখেন্দগী লাকপা নিঙুপানা ময়াং ভৌবুনা চানু (গৌতম গোত্র) মুবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "লাইময়ুমদা" চঙখ্রে।

চরাইরোংবা হাক্তক।

২৬। লাইময়ুম ঃ— তখেন্দগী সুরথ, দসরথ, উদ্ধব ৩ লাকয়ে সুরথ, (গৌতম গোত্র) দসরথ, ২ তামদি গোনোকতা চঙখ্রে। উদ্ধবনা হাউচোংপম চানু ভৌবী পান্নদুনা মাগী ঈদি লাইময়ুমদা চংখ্রে। চারাইরোংবগী হাক্তক

ম (মীত)

২৭। মনোহরময়ুম ঃ— নদিয়াদগী লাকপা মনোহরদাসনা সোপু (কাস্যপ গোত্র) হাউ চানু মাইতেকপী পান্নদুনা মাগী ঈদি "মনোহরময়ুম কৌয়ে সঙুকিনে)। চারাইরোংবা হাক্তক।

২৮। মংখারময়ুম ঃ— গভীলা নগরদগী লাকতুনা খারম হাউ (অমুক গোত্র) চানু মাইমুবী পান্নদুনা ঈদি "মংখারম ময়ুম কৌয়ে। চারাইরোংবা হাক্তক।

২৯। মথুরাবাসিময়ুম ঃ— মথুরাদগী বকাসুর লাকয়ে। মানা ময়াং (ভরদ্বাজ গোত্র) নিংথৌখোং চানু ভৌবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "মথুরাবাসি ময়ুমনে" চারাইরোংবা হাক্তক।

প (পা)

৩০। পিতাম্বর চৈথাবাময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা মিস্ত্রিপিতাম্বরনা (কাস্যপ গোত্র) ভাগ্রেম হাউ চানু হোংবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "পিতাম্বর চৈথাবা ময়ুমনে"। ক্যাম্বা হাক্তক।

৩১ পান্দা ময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা মিস্ত্রিপান্দানা ময়াং নাচৌ (বসিষ্ঠ গোত্র) চানুনে, কুম্বী চানুনে, রাসিকানে ৩ মা পান্নদুনা মাগী ঈদি "পান্দা ময়ুম্নে"। ক্যাম্বা হাক্তক।

ন (না)— লৈতে (Nil)

চ (চীল)

৩২। চন্দ্রস্যাম ময়ুম ঃ— গোবিন্দগিরিনা হাউচোংপম চানু পান্ন-(অমুক গোত্র) দুনা মাগী ঈদি হঞবা চন্দ্রস্যাম ময়ুমনে। চালাম্বা হাক্তক।

৩৩। চৌদ্রিময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা মিস্ত্রি জগদিশ্বরনা লাংনুং (বসিষ্ঠ গোত্র) চানু মাইচোনবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "চৌদ্রি-ময়ুম্নে"। চরাইরোংবা হাক্তক।

৩৪। চৌদ্রিময়ুম ঃ—কলিকাতাদগী লাকপা ময়াং ভোগোন বাবুনা (বসিষ্ঠ গোত্র) লাইরিকয়েংবম চানু মাইপাকপী পান্নদুনা মাগী ঈদি "চৌদ্রিময়ুম" ওইখ্রে। চূড়াচাঁন্দ হাক্তক।

ত (তীল)

৩৫। তখেনচঙবম ঃ— তখেন্দগী লাকপা হরিবিদ্যালঙ্কারনা তাখুম (কৌসিক/গৌতম গোত্র) কৈ চানু মাইমুবী পান্নদুনা, মাগগী ঈদি "তখেন-চঙবম" কৌয়ে। ক্যাম্বা হাক্তক।

৩৬। তীনথাক ময়ুম ঃ— বাঙ্গলাদেসতগী লাকপা নাথনা (নাখা-
(অমুক গোত্রা) কোয়া) মরিং হাউ চানু কোনবী পাম্নদুনা, মাগী
ঈদি "তিংথাক ময়ুমনে"। পাময়হৈবা হাত্তক।

খ (খৌ) লৈতে (Nil)

ঙ (ঙৌ) লৈতে (Nil)

থ (থৌ)

৩৭। থোংখ্রাতাবম ঃ— আসাম গোসাল পারাদগী পানিনাথ
(অমুক গোত্রা) লাকএ; মাগী ঈদি "থোংখ্রা তাবমনে"
খাগেম্বা হাত্তক।

ব্রা (ব্রাই)

৩৮। ব্রাবা হঞ্জবময়ুম ঃ— খেন্দাগী জয় লাকএ। চোথে নিং-
(ভরদ্বাজ গোত্রা) থন্ থোংগী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "ব্রাবা হঞ্জবা
ময়ুমনে"। ভাগ্যচন্দ্র হাত্তক।

৩৯। ব্রারিলিবম ময়ুম ঃ— আসাম বেল্টনাদগী য়ুদরাম লাকয়ে
(গৌতম/কৌসিক) চোথে হাউ চানু তেকপী পাম্নদুনা মাগী ঈদি
গোত্রা) "ব্রারিলিবম ময়ুমনে" ভাগ্যচন্দ্র হাত্তক।

য (য়াঙ) লৈতে (Nil)

হ (হুক)

৪০। হিদংময়ুম খরুংবম ঃ— তম্বাং হাওদগী য়ু-খরুং পুদুনা
(কাস্যপ গোত্রা) য়োল্লেয়ে। মানা খুরুম্খুন চানু লোইতাং পাম্নদুনা
মাগী ঈদি "হিদংময়ুম খরুংবমনে"।
নোংইনফাবা হাত্তক।

৪১। হিদংময়ুম ঃ— আসাম গোসালপারাদগী পানিনাথনা (কাস্যপ গোত্রা) ককচীঙ চানু পিনি পাম্নদুনা মাগী ঈদি "হিদং ময়ুম" নে। খাগেম্বা হাক্তক।

৪২। হৈকক্সি ময়ুম ঃ— মুঙধবাদতগী জয়কৃষ্ণনা খোবাল লৈ- (অমুক গোত্রা) সাংথেম চানু মাইচোন পাম্নদুনা মাগী ঈদি "হৈকক্সি ময়ুমনে"। পাইখোম্বা হাক্তক।

৪৩। হংঙোইবম ঃ— জগনাথতগী লাকপা বিচিত্রপুরীনা সেক্তা কৈ (কাসাপ গোত্রা) চানু খোংগোম্বী পানন্দনা মাগী ঈদি "হংঙোই- বম" কৌএ। চরাইরোংবা হাক্তক।

৪৪। হংঙোইবম ঃ— মথুরাদগী লাকপা বিমলনা পাংঙল চানু (কাস্যপ গোত্রা) তায়া পানন্দুনা খারাবা পোকএ, মাগী ঈদি "হংঙোইবমদা" চঙখ্রে। চারাইরোংবা হাক্তক।

৪৫। হঞ্জবা ময়ুম ঃ—সিলোত্তগী লাকপা সুর্পানন্দনা থাঙ্গা সালাম (ভরদ্বাজ গোত্রা চানু মীৎকোইবী পানন্দুনা মাগী ঈদি "হঞ্জবা ময়ুমনে"। (পামহৈবা হাক্তক)।

৪৬। হঞ্জবা ময়ুম ঃ— গুলাঘাটগী লাকপা প্রেমানন্দনা তখেল চানু (ভরদ্বাজ গোত্রা) সতি পাম্নদুনা মাগী ঈদি "হঞ্জবা ময়ুমনে"। পামহৈবা হাক্তক।

৪৭। হাজারি ময়ুম ঃ— তখেন্দগী লাকপা পাঞ্জি মনিদ্রাম্মা হৈয়েন (সান্ডিল্য গোত্রা চানু মুংবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি পোপাল হঞ্জবা ময়ুমনে অদুবু "হাজারি ময়ুম ওইখরে"। পামহৈবা হাক্তক।

৪৮। হিদংময়ুমনে ঃ— আসাম সুনারান্দিদগী লাকপা যুদরাম্মা (কাস্যপ গোত্রা) অকাম হাউ চানু পাম্নদুনা মাগী ঈদি হিদং- ময়ুমনে। পামহৈবা হাক্তক।

উ (উন) লৈতে ( Nil )
ঈ (ঈ) লৈতে ( Nil )

ক্ষ (ক্ষম)

৪৯। ক্ষুরাইলাৎপম ঃ— নোংচুপ তখেন্দগী লাকপা সুভিনারায়ন্না (বসিষ্ট গোত্র) হাউঁক চানু খোইনু পান্নদুনা মাগী ঈদি "ক্ষুরাই লাৎপমনে"। ক্যাম্বা হাক্তক।

আ (আতিংআ)

৫০। অধিকারি ময়ুম ঃ— তেখাউদগী লাকপা রাঙাচরন্না হাউকৈ (ভরদ্বাজ গোত্র) চানু তিংবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "অধিকারি ময়ুমনে"। (ক্যাম্বা হাক্তক)

৫১। আরাম্বম ঃ— গোনোক মনিরাম কৌবা অমা লাকয়ে। মানা (কাস্যপ গোত্র) হাউচোংবম চানু ঙৌবী পান্নদুনা মাগী ঈদি আরাম্বমদা চংখ্রে। নোংইনহৌবা হাক্তক।

৫২। অরিবম বিষ্ণুলাৎপম ঃ— বড়নগর ঘোষাল পারাদগী মনিনাথ (বসিষ্ট গোত্র) লাকয়ে। মানা তুসুকহাউ চানু মবী পান্দুনা মাগী ঈদি সগোলবন্দ তাবা "অরিবম বিষ্ণু লাৎপমনে"। খাগেম্বা হাক্তক।

৫৩। অরিবম তম্পাকলাই ঃ— গৌড়নগর গোষাল পারাদগী লাৎপম (বসিষ্ট গোত্র) লাকয়ে। মানা থারম হাউচানু ঙৌবী আদিনাথ পান্নদুনা মাগী ঈদি ব্রহ্মপুরদা লৈবা" অরিবম তম্পাকলাই লাৎপমনে"। খাগেম্বা হাক্তক।

৫৪। অরিবম ছাগোল্লাই ঃ বড়নাগর ,, ,, আদিনাথ লাৎপম (বসিষ্ট গোত্র) লাকয়ে। মানা ময়াং তৌবুন চানু খোইবী পান্নদুনা মাগী ঈদি ব্রহ্মপুর তাবা "অরিবম ছাগোল্লাই লাৎপমনে"। খাগেম্বা হাক্তক।

৫৫। অরিবম ঃ— গোনোক বলরাম লাকয়ে। লানসোনবী কৈ-(বসিষ্ঠ গোত্র) চানু মুবী পানন্দুনা প্রেমানন্দ পোকয়ে। প্রেমানন্দনা বাচস্পতিময়ুম চানু পানন্দুনা মচান্নুপা অমা পোকয়ে। প্রেমানন্দনা সিরাবদা মচু বাচস্পতি ময়ুম চাংবু অরিবম ছুগোংলাই নাংপমনা লমথোক্লা লৌখ্রে। মচাসু লৌখ্রে। মাগী ঈদি "অরিবমনে"। পাইখোম্বা হাজুক।

৫৬। অনৌবম ঃ— কান্যকুব্জদগী সেখরানন্দ তেৱারি লাকয়ে। (সাণ্ডিল্য গোত্র) মানা চিরু হাউ চানু অসঙবী পানদুনা মাগী ঈদি উরিপোক তাবা "অনৌবমে"। পামহৈবা হাজুক।

| | |
|---|---|
| ৫৭। ব্রজদগী রাম.দিলা — ১-মা<br>৫৮। মথুরাদগী মাধবারাই—১-মা<br>৫৯ ময়াংদগী রামানন্দ — ১-মা<br>৬০। ঢাকাদগী লক্ষীকান্তা — ১-মা<br>আচার্য্যময়ুম<br>(ভরদ্বাজ গোত্রা | লাকয়ে। মানা আকাম হাউ চানু মুবীমচা পান্নদুনা মাগী ঈদি ললহামপুং তাবা আচার্য্য ময়ুমনে।<br>গম্ভীরসিং হাজুক। |

৬১। অনৌবম ঃ— তখেল আগরতলাদগী নরাধন লাকয়ে। মানা (সাণ্ডিল্য গোত্রা) কোইরেঙ্গে চানু চাউবী পান্নদুনা মাগী ঈদি থাংমৈবন্দ পনখা তাবা "অনৌবমনে"।

গম্ভীরসিং হাজুক।

৬২ অনৌবম ঃ— গঙ্গাতীরদগী নারায়ন অমা লাকয়ে। মানা (সাণ্ডিল্য গোত্রা) কবুই হাউ চানু থোপী পায়দুনা মাগী ঈদি থাংমৈবন্দ তাবা "অনৌবম" অমনে।

গম্ভীরসিং হাজুক।

৬৩। অধিকারী ময়ুম ঃ— রামনাথ কৌবা দেসব্রালিনা স্নরোং-((ভরদ্বাজ গোত্রা) খাইবম চানু তোম্বী পান্নদুনা মাগী ঈদি সগোলময়াং উম্নুং তাবা "অধিকারী ময়ুম্নে"। চুড়াচান্দ হাক্তক

৬৪। অধিকারী ময়ুম ঃ—কলিকাটাদগী লাকপা ময়াং ক্ষেত্রালী-(ভরদ্বাজ গোত্রা) পরেনা লাইরিকয়েংবম লোই চানু চম্পা পান্নদুনা লাল্লজি লাকপা পোকএ। মাগী ঈদি অধিকারী ময়ুম ওইখ্রে। চুড়াচাঁন্দ হাক্তক।

গ (গ্রোক.)

৬৫। গোতিময়ুম ঃ— নেপালদগী লাকপা সারাংগীনা ময়াঙ (কাস্যপ গোত্রা) হেখোং চানু কুম্বী পাংদুনা মাগী ঈদি গোতি-"ময়ুমনে"। ক্যাম্বা হাক্তক।

৬৬। গুরুময়ুম ঃ— গৌরদেশতগী লাকপা বৈল্যাম্বরনা মতুংগা (সাণ্ডিল্য গোত্রা) লোঈনরকই। মানা রঘুনাথনে, শ্রীনাথনে, তনি পোকয়ে। রঘুনাথনা নিংথৌল পাকপীনে, কবো চানু পোরাসিনে, সাইখোন চানু চিন্তিনে ৩-মা পাংয়ে। রঘুনাথনা ময়াং গোনোক থেংগ্নগা মতাঙ শামনে। সাইখোম চনু চিন্তিবু থা ৩-গী গর্ভগা লোঈননা ময়াং গোনোক থেং-গ্নদা পীজখিয়ে। চিন্তিনা কেসোর, বীবানাথ ২-মা পোকয়ে। গুরুময়ুম ওইখিয়ে। চালাম্বা হাক্তক

৬৭। গুরুময়ুম ঃ— নন্দগ্রামগী মোতিরাম কৌবা ধোবী অমা (সাণ্ডিল্য গোত্রা ) লাকয়ে। মানা অরাং হাউ চানু থোংন্নু পান্নদুনা মাগী ঈদি ব্রহ্মপুর তাবা অঙোম লাই লাংপা "গুরুময়ুমে"। পাইখোম্বা হাক্তক।

৬৮। গোপালহঞবা ময়ুম ঃ— গৌরদেসতগী লাকপা রঘুনাথনা (সান্ডিল্য গোত্রা) অহোংকৈ চানু চাউবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "গোপাল হঞবা ময়ুম্মে"। চারাইরোংবা হাজুক।

৬৯। গুরুঅরিবম ঃ— জগনাথতগী বনমালি কৌবা পান্দা মচা (কাস্যপ গোত্রা) অমা লাকয়ে। মানা মতু লোইনরকয়ে। মাগী ঈদি "গুরুঅরিবম্মে"। চারাইরোংবা হাজুক।

৭০। গুরুঅরিবম ঃ— উরিষাদগী বৃন্দাবন কৌবা অমা লাকয়ে। (কাস্যপ গোত্রা) মানা লম্মাংদোং কৈ চানু পাম্নদুনা মাগী ঈদি "গুরুঅরিবম্মে"। চারাইরোংবা হাজুক।

৭১। গোষাক্রি ময়ুম ঃ— সান্তিপুরদগী লাকপা চন্দ্রগোস্বামীনা (অমুক গোত্রা) অধিকারিময়ুম চানু লৈমা পাম্নদুনা মাগী ঈদি "গোষাক্রি ময়ুম্মে"। নরসিং হাজুক।

৭২। গোষাই ময়ুম ঃ— সান্তিপুরদগী গোষাই লাকয়ে। মানা (কাস্যপ গোত্রা) ভাইখোং কৈ চানু নানৌবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "গোষাই ময়ুম কৌয়ে"। নরসিংহ হাজুক।

ব (বা)

৭৩। বাচস্পতিময়ুম ঃ— নদিয়াদগী লাকপা তেম্নানা বুঙী চানু (কাস্যপ গোত্রা) সমদেম্বী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "বাচস্পতি ময়ুম্মে"। সঙ্কুকিনে (লম্মোইবা মচানে) ক্যাম্বা হাজুক।

৭৪। বিষ্ণুলাৎপম ঃ— কলিকতাদগী লাকপা ব্রজনন্দনা চরাংপাৎ (বসিষ্ট গোত্রা) তাইমজম চানু হোংবী পাম্নদুনা মাগী ঈদি "বিষ্ণুলাৎপম্মে"। খাগেম্বা হাজুক।

৭৫। ব্রহ্মচারিময়ুম ঃ— প্রয়াক্তগী লাকপা ব্রহ্মচারি বিষ্ণুরামনা (সান্তিল্য গোত্রা) ময়াং ইহেরোক চানু পুম্নি পান্নদুনা মাগী ঈদি "ব্রহ্মচারি ময়ুমনে"। পাইখোম্বা হাক্তক।

৭৬। ব্রহ্মচারিময়ুম ঃ— ব্রহ্মচারি চক্রবর্তিনা মতু লোঈনরকই। (সান্তিল্য গোত্রা) মাগী ঈদি "ব্রহ্মচারি ময়ুমনে"। পাইখোম্বা হাক্তক

৭৭। বাচস্পতিময়ুম ঃ— গুজরাট্টগী লাকপা মুকুন্দনা কৈনৌ চানু (কাস্যপ গোত্র।) থেম্বী পান্নদুনা মাগী ঈদি "বাচস্পতি ময়ুমনে"। খাগেম্বা হাক্তক।

৭৮। ব্রজবাসিময়ুম ঃ— রাইবেনিদগী কাহ্নাইলাল লাকয়ে। মানা (ভরদ্বাজ গোত্রা) কিয়াম কৈ চানু মুবী পান্নদুনা ; মাগী ঈদি "ব্রজবাসি ময়ুমনে"। চন্দ্রকৃতি হাক্তক।

৭৯। বাচস্পতিময়ুম ঃ—কাসিদগী লাকপা ময়াং তোনাম্বা ব্রহ্ম- (কাস্যপ গোত্রা) চারি ময়ুম চানু পান্নদুনা মাগী ঈদি "বাচস্পতি ময়ুম" ওইখিবনে। চূড়াচাঁন্দ হাক্তক।

৮০। ব্রজময়ুম ঃ— সান্তিপুরদগী ব্রজ লাকয়ে। মানা কাসোম (সান্তিল্য গোত্রা) তাংখুন চানু রোসি পান্নদুনা মাগী ঈদি "ব্রজ- ময়ুম"নে। গম্ভীরসিং হাক্তক।

র (রাই)

৮১। রাধাকুণ্ডবাসি ময়ুম ঃ— রাধাকুণ্ডদগী লাকপা স্যামা সনৌ- (ভরদ্বাজ গোত্রা) রিয়ানা চিরু হাউ চানু কোলা পান্নদুনা মাগী ঈদি উরিপোক তাবা 'রাধাকুণ্ডবাসি ময়ুমে'।

চন্দ্রকৃতি হাক্তক।

৮২। ধ্যানদাস ময়ুম ঃ— তথেন্দগী লাকপা হরিদেবনা কুপী চানু (গৌতম গোত্রা) সমফবী পান্নদুনা মাগী ঈদি "ধ্যানদাসময়ুমনে" সঙকীনে (লেপ্পাইনা মচানে)। ক্যাম্না হাঙক।

ভ (ভম)

৮৩। ভাঙুন ময়ুম ঃ— নদিয়াদগী ভাংুন. বৌবা ময়াং অমা (অমুক গোত্রা লাকয়ে। মানা খৌপুম কবুই হাউ চানু হাউপী পান্নদুনা মাগী ঈদি "ভাঙুন ময়ুম" বৌয়ে। ক্যাম্না হাঙক।

..........অসিনচিংবা বামোনগী য়ুম্নাকনি ॥০॥

য়েংবীগদবা */—* বামোনসিংনা লৈপাক্কী নিংখৌ, অওম্মসিংগী, মাতংগা লোইননা নীচৎকী (ধর্মগী) মতাংদা তৌনিংবতা তৌবদা ওমদবা লৈরমদে। মখোইনা শুৎ-খারকপদা "মীতৈ" বু "মৈতৈ" হাইনা কৌসিন্দুনা "য়েক সালাইগী" মহুতা "নব-গোত্রা নত্রগা লোক ভরেৎ সালাই মাপন" হাইনা ওন্নোকত্না হিন্দু ধর্ম্মদা (নীচতা) লাংমিং পীসিনখি।

স/* পুয়াবুসু "পুরান" হাইজিনখি। হিন্দু ধর্ম্মা চৎলে খওননবা নুপাবু 'নিপা' মিংগৌ থাগৌদা নুপাদা-নুপীদা ময়াংগী 'শ্রী, শ্রীমতি, সিংহ, দেবী, কুমারি, শ্রীযুক্ত, শ্রীযুক্তা, শ্রীল .... ১০৮' ককা হাইজিনখ্রিগোৎনি।

ল/* পুমনমক অসিগী মথক্তা বামোনসিংনা মৈতৈসিংগীদমক্তনি হাইদুনা সালাই (গোত্রা) মাপন শেম্মীখি।

মদুদিঃ—

হায়দগী লৈরক্লবা মীতৈগী য়েক-সালাই-৭—

১। মঙাঙ, সালাই
২। লুৱাঙ, সালাই
৩। খুমন সালাই
৪। অঙোম সালাই
৫। মোইরাং সালাই
৬। খা-ঙানবা সালাই
৭। লৈসাঙথেম সালাই

বামোন্না সেমদোক্লবা হিন্দু মৈতৈগী সালাই-৯—

১। মঙাঙ, সালাই
২। লুৱাঙ, সালাই
৩। খুমন সালাই
৪। অঙোম সালাই
৫। মোইরাং সালাই
৬। খাবা সালাই
৭। ঙাল্বা সালাই
৮। লৈসাংথেম সালাই
৯। চেংলৈ সালাই

বামোনগী গোত্রা মাপন

১। সান্তিল্য গোত্রা
২। কাস্যপ গোত্রা
৩। মধুগল্য ( মৌদল্য ) গোত্রা
৪। গৌতম ( কৌসিক ) গোত্রা
৫। আত্রেয় গোত্রা
৬। ভরদ্বাজ গোত্রা
৭। নৈম্বিস গোত্রা
৮। অঙ্গিরস গোত্রা
৯। বসিষ্ঠ গোত্র

৫-বা পণ্ডুপ লোইরে ॥ ০ ॥

# ৬-বা শতুপ

( কংলৈপাক্তা নিংথেমচা হৌরকপা )

চরাইরোংবগী ( ধারানে ) চাত্তা-নাউত্তানে

—(•)—

* তোনসেন ওন্না না

খয়োইরোন. ঙাংবম চানু

ঙাইথোং ওন্নী পামদুনা "চরাইরোংবা" পোকএ।

চরাইরোংবনা লৈমা অহুম পাম্লে; মখোই অদুদি ঃ—

১। খয়োইরোন সাংপম চানু নোংথিলচাইবী মকক্ লোইথোম্বী-নে,

২। য়োইরুমলোন. হিজম নোংথোলবম চানু সেনাংগাইরেম্বী-নে,

৩। য়োইরুমলোন থাংজম চানু থবাওম্বী ... ... অসিনে।

১। খয়োইরোন পাংপম চানু নোংথিল চাইবীনা—

(ক) মৈদিংঙু পামহৈবা, অন্নাথোংলেল, লাম্থাবগা (স) লোইয়ম্বা, ম্না কৈথেল তাবগা পোকএ। পামহৈবদি নিংথৌ ওইএ, খৃষ্টাব্দ ( ১৭০৯-১৭৪৮ )। পামহৈবগী ধারামখে "পামহৈবগী ধারানে" হাঙনা তোপ্না মখাগী লামাইসিংদা উবীগনি।

(স) লোইয়ম্বা ম্নাকৈথেল তাবনা হাউবম চানু সিরেম্বীগা, ময়াংলম্বম চানু থবাবীগা অনিমা পাম্লে। হাউবম চানুনা স্যামরাম

## পামহৈবাগী চাতা-নাউতা ( ধারা ) নে

( পামহৈবা হাক্তক্তগী নিংথৌবু "নিংথেম" অমসুং মখোইগী কাংলুপ্ম ( সাগৈবু ) নিংথেমচা মযুম কৌখ্রে )

— :(o): — —

✱ পামহৈবা — নিংথেমগী লোইনবী ১০ (তরা) নি

মখোইশিংগী মমিং মথা মখাদা উৎলি :—

১। আরাম্বম চানু ( য়োইরুমলোন লামবাসু তরংলাম্বাবী )
২। ভাংবম চানু ( খয়োইরোন, পাঙ্গা কৈথেল থানবী )
৩। ব্রায়েনবম চানু ( ইব্রাংলোন পাইখু লাম্বাবী )
৪। চৌংভাখম চানু অপানবী সরিঙমবী
৫। হাউবম চানু লৈমাংবী (য়াহৌবম চানু, তাসোম ঙমবী)
৬। য়াইখোম চানু অপালবী হেরাঙমবী
৭। মাইবম চানু লৈমাখুবী লোইবী চরোইঙমবী
৮। লাইরিকয়েংবম চানু অপালবী মেংখোংঙম্বী
৯। আরাম্বম চানু ( য়োইরুমলোন লাম্বাসু )
১০। মোইরাংথেম চানু ( কস্থান চানু মালকঙম্বী )

অসিনে ··· মখোই ১০ ( তরা ) অসিগী চাতা-নাউতা (ধারা) নিংথেমচা ময়ুমসিং অদুসু মখাদা উৎলি :—

১ · গী অরাম্বম চানু অসিনা— "কাইনৌ চীসোম্বা নোংপোক নুংগাপাই লাম্বাবা" ( স্যামসাই খুরাইলাকপা ) পোকএ। মানা ঈব্রাংলোন, মরিংলোইখোম্বী পাম্নদুনা মৈদিংঙু (ক) মরাম্বা গৌরাস্যান, ) (স) মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা ( জয়সিংহ, ভাগ্যচন্দ্রা, কার্তা ), (ল) কৃষ্ণচন্দ্র অমসুং (ম) ভাবানন্দ পোকএ। মধক্কী (ক অমসুং (স) গী মীওই অনিসিদি নিংথৌ ওইখি। অতৈদি

